# শৈরেপ মাঙলবী

(A Collection of Seventeen Short Stories)

*Written by*- **Konthoujam Kullabidhu Singh)**


অফোঙবা : **KH.T. PUBLICATIONS**
Uripok Naoremthong, Imphal

কপি মশীঙ : ১০০০

অহানবা খুৎনম : ২০০৭ ইং

মমল : লুপা ৫০.০০

নম্ফম : ঐস্তা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর
কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম,
নাওরেমথোং, ইম্ফাল।


---

**অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং :**

১। নাবা শৈরেং, ১৯৫৮ ইং।

২। বাসন্তী (নোভেল), ১৯৬৯ ইং।

৩। নিঙাই চাওবী প্রেমিলা (উপন্যাস), ১৯৮৮ ইং।

# কচ্ছবা

অদুইঙ অহানবা নুপী লান্দা,
সোতো সাহেবকী বঙ্গলো চাকাইঙদা,
নমদুনা অমুক শানবা,
অকনবা হুকুম ফংলবদা,
তুফক তুফাই চল্লবা,
মৈত্রাবাক্কী নুপাশিংগী
খুৎতগী যুম শানবা মচাক
মুন্দুনা চাইখাইখিবা
মৈতৈ ইজ্জৎ কনখিবা,
অনিসুবা নুপীলান্দা,
মনিপুরদগী চেঙ থাদোক্লুনা,
ঈচেল ওইনা চেনখ্রবদা,
থৌনা ফনা চোংথোক্লুনা,
চেঙ থাবা থিংখিবা,
বৃটিশকী সঙ্গীন মুনখিবা !
ইচং থৌবী ইমাশিংগী স্না খুয়া খাদা,
কচ্ছরি নচাগী 'শোম্লেপ মাঙলবী'
কৌবী লাইরিকাসে লৌবিয়ুনে,
লাইওইরবী পালেমশিং খুৎথেংননা।

অইবা

# ৱাহৌদোক

ঐহাক্না 'শেল্লেপ মাঙলবী' হায়না মিংথোনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসি ইজরুবগী মরমদি ঐ অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাভারত, রামায়ণ, মৈতৈ ঈশৈ নট সঙ্কীর্ত্তণ অমদি লৈখিদ্রবা ওঝা থাঙ্গা মাঙ্গোলজাওগী মোইরাং কংলৈ ঈশৈ তাবা পামজবা মীশক অমা ওইরকই। ইম্ফাল কলেজদসু লাই ওইত্রবা জী.সি. তোংব্রাগী ছাত্র ওইদুনা নুমিদাং কলেজ তমজরকই। ওঝানা ক্লাসতা ফাগী ওইনা "ঐদি মতৈ-মনাও খৎনবগী 'দাইলোগ' সাইকল ঙাইহাক খামদুনা তারক্লিবনিনে" ওঝাগী ৱাখল অদুমক ঐঙোন্দসু চেন্দুনা ঐনা তারুবা উরুবা খুদিংমক অদুগী মরমদা ইনীংবগী ৱাখল পোক্লকই। ঐহাক ৱারীমচা ইবদদি অঙাং ওইরি, হন্দক্কীসিনা অহানবনি। ইবগী নিয়ম খঙদে, হেক্তা ইথোকপদুনি ঐঙোন্দা লৈরিবা অ্যান অসি। হৌজিক্তি মণিপুরদা ৱারী মচা ইবদি অফাওবা কয়া কয়া লৈথ্রে। মখোয়গী সাহিত্যগী পোত্থোক অদুগুম্না মহাও পীবা ঙম্বা ৱারী অমত্তসু ঐদি ইবা হৈতে। ঐগীদি থোকউ থোকউবা খরা ইনীংবগী ইবা হায়বদুনি। ইজরিবা ৱারী পুম্নমক ঐগী ভাবনা শাগৎতুনা ইজখিবা ঙাক্তনি। খবরদা হাপখিবা, এন: জী: কলেজগী মেগাজিন্দা হাপখিবা ৱারী খরা অদু বোই অমদা ইশিন্দুনা থমজবনি। নোংমা ইন্নাক নুপা খুলেম তোম্বাগী মমাঙদা ৱারী মচা অমা পারুবদা 'মামা নঙগীদুবু চেজেংতা ইদুনা মাঙখিবা তারে, ফোঙলসি' হায়দুনা মাগী মরূপ ঐজা কে. নিলচন্দ্র শর্ম্মা, কম্পুটর প্রিন্টিং সেন্টর গী মখূৎতা হেক্তা পীখি। ঐবু পূক্নীং থৌগৎপীরিবা পূকচেল চাউরবা ইন্নাক শ্রীখুলেম তোম্বা সিংহনা ফোঙবিবগী চাউরবা থৌদাং অসি লৌবিদুনা ঐগী মতম কয়াদগী ফোঙদোকপা ঙমজদনা লৈরক্লবা ৱারীমচাশিংগী লাইরিক শেল্লেপ মাঙলবী অসি ঙসিদি ময়ামগী মাঙদা পুথোকচবা ঙমজরে মসিগীদমক ঐগী ইন্নাকনুপাবু ঙমখে লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি অমদি মাগী পুন্সিদা য়াইফবা, নুংঙাইবা পীবিনবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি। লোয়ননা ছাপ্পা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা ঐজা শ্রী নিলচন্দ্র শর্ম্মবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা ডা. লনচেনবা মীতৈনা ঐগী লাইরিক অসি ফোঙদ্রিঙৈদা পাবিদুনা অশোই-অঙাম য়েংবিবা অমদি লাইরিক্কী মরমদা মশাগী ওইবা ৱাহে খরদং ইবিরকপগীদমক থাগৎচরি। নহা অমা ওইনা সাহিত্যগী লমদা মচিন তুমখৎলক্লিবা সাহিত্যকার অসি ঈশ্বরনা মতম শাংনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙমহনবিসনু।

অইবা

# ফোঙবিবগী মরমদা ৱাহৈ খরদং



শ্রীখুলেম তোম্বা সিংহ, মহাক্কী অপোকপগী মিংনা লৈখিদ্রবা শ্রীযুগেশ্বর সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতী তখেল্লম্বম নিঙোল খুলেম ওংবী য়াইমা দেবী কৌই। মহাক নাওরেমথোং খুলেম লৈকায়দা পোকখি। হৌজিক হৌজিক্লা নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকায়দা লৈরে। শ্রীতোম্বগী মচীন মনাও অসি নুপা ৬, নুপী ৩গী মনুংদা মহাক্লা ৭শুবনি। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মরৈকায়গী ক্লব, সংস্থান কয়ানা পাঙথোকপা দিভ্লপমেন্ট থৌরম কয়াদা য়াম্ল-য়াম্লবা শেলফম কয়ানা খূজিং ওইদুনা দান কয়া তৌবিরকপা, লৈত-লায়র মশক খঙবা নহাসু ওইরিবা নুপা অমনি। সোসিয়েল ৱাকর অমা ওইবতা নত্তনা ইরমদমগী ইনাৎপু নুংশিজবা মীওই অমা ওইনা মুক্লা শান্নবনচিংবা মশান্না কয়াদসু শান্নরোইশিংবু পূক্লীং থৌগৎপীদুনা মণিপুরগী কলচরবু য়োকখৎনীংবগী ৱাখলনা শেলফম কয়া দান তৌবিখিবা মীশক অমনি । অসিদসু নত্তনা সাহিত্যবু নুংশিজবা মাগী ৱাখল্লোন অদুনা ঐহাক্লা পুথোকচরিবা "শেল্লেপ মাঙলবী" মিংথোলবা লাইরিক অসিগীসু ছাপা নম্বগী খরচ পূম্নমক পুথোকপীদুনা খ্বায় তরাগী মফমদা লাইরিক অসি লাম্থোকচবা ঙম্লিবনি। মসিগীদমক পূকচেল চাওরবা ইবুংঙো অসি মাগী তুংগী পুন্সিদা য়াইফবা ওইরসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।

অইবা

# থম্মোয়নুংগী ৱারোল খরদং

নুংশিজরবা ইয়াম্বা কে. কুলবিধু সিংহনা ইবা ৱারীমচাগী অহানবা লাইরিক **'শেল্লেপ মাঙলবী'** অসি পাজরে। অচম্বা থম্মোয়গী শেংলবা পাউদম্বু ৱারীগী কুয়োম্মা য়োন্নগা পুথোরকপনি। কুমগী নোংজু নুংশাদা কংলুরবা পামেলদা চোংলকপা অনৌবা য়েন্নীংনি। অদুম নুংঙাইনা থোকই। ৱারীমচাশিংসি মতমসিগী বুদ্ধিগী তকখায় থেংগাইনবগী মশক্তু নংতে। কলাগী থারবা মচু মমেন্না য়েকশিন তৈশিন্দুনা অশেংবা শক্তম্বু লোৎশিনবা ৱারীমচাগী খুৎলাম্ছোক অদুসু নংতে। চহী হুম্ফুতরারোমগী শাংলবা পুন্সি খোঙচৎতা হুন্নকখিবা মতম-মতমগী শাহুমদুনা য়ৈরকপদা থোরকপা অইবসিগী নুংগী থূপ্পবা কাচিন্দা মকা ফোংদনা তেংথারিবা থৱায়গী নাহেখোল ৱারীমচাশিংসিগী মরক্তা করি-করিগুম্বদা তাবা ফংই। ওম্থোক্লা থম্মোয় শোকই। ফোঙবা ঙমদ্রবা পুন্সিগী পাউখোঙসিবু চনবিরন্নগা চৎথ্রবশিংদুগী মফমদা থম্মোয়না তৎতনা নিঙাই তৌরি। ৱাহং কয়াসু হংলি। অদুবু পাউখুমদি কদায়।

'শেল্লেপ মাঙলবী' পাবদা নুংঙাইবা ফাওই। অইবগী কলানা নমদুনা পুবা নংতে, ৱারীগী খোঙজেন্দা অপাবগী পূক্লীং ৱাখলসু লোয়নদুনা চৎখিবনি। লমদমসিগী মোৎলবা খুন্নাইগী শক্লোন, মীওইবগী কোমথরক্লবা লীচৎ, অমদি মীওইবগী তমঙমদ্রবা পুন্সি কয়াসিগী হীরমদা যুম্ফম ওইরগা শাগৎপা ৱারীমচানা অয়াম্বনি। মরক মরক্তা ফাগী চেনবা ৱাহে ৱাতা কয়ানা অপাবশিংদা অনৌবা ঈনোৎ অমমম হেক হেক পীরি। চহীগী নম্বোনা লূমথরক্লবা মতমসিদা ইনীংবগী অনৌবা থৌনা অমা হাপকৎলকপা তশেংনা নুংঙাই। মথা তানা ইহনবিনবা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।

৭/মে/২০০৭ ইং
ইম্ফাল

লনচেনবা মীতৈ

# য়াওফম তাকপা

# কদোমদগী পিরাংনো

ইবেচাওবীনা হংলকই,

— ইপল মখোয়গী অনাবদু করম তৌথ্রবগে?

— খঙদে লাইগা মীগা মুন্নে হায়বদুনি, য়ূমদা হোৎনবা য়ারোই হায়দুনা আ: ডাক্তরদা পুখৎলগনি হায়বদাই।

— ইপলবু থায়নগী অফাওবা মৈতে মাইবনি হায়বদাই, ডাক্তর কাহন্দ্রবসু ফনবা য়েংবিবা য়াদ্রা?

— মীগী অনাববু ঐনা কনশিন্দুনা থম্লুবগী করি কান্ননি, য়ূম্বুনা অপান্থা তৌজবদা করি আপতি লৈ?

— খঙলে ইপলনা খরখিৎ হৈনজবদি মৌনহাগী ঈ-নুংশিৎকী খুৎলি শূবদা মওইরমাল্লেদা।

মপোক ইঙৌ ঙৌরবা তোমান মাইবনা য়ামাঙ পরেং য়াওদ্রবা ময়া অদু খিগৎলদুনা নোক্লগা হায়রকই,

— খঙদে ইবেমতোন নপল ঐখোয়সে থায়নগী হনুমান তারে, মবুক নুংঙাইতে হায়বদুদা লাই নুংশিৎ য়াওব্রা খন্দুনা লাকথবিরুবনি

অদুগবু মখোয়না কৌরুবা ডাক্তর নহাদুনা ঐবু হন্দুনা ঙাঙলম্মী হায়বসু তায়। 'হে অহল, মতুং মনাও মপুক্কা পায়জরুনু চাকখাও নারগা পুক শূহল্লি হায়দুনা ডাক্তরদুনা শাউরম্মী' হায়বনি।

ইবেমচাওবীনা ঙল্লিববু মপোকঙেগী শাউজবা হৈজদ্রবা তোমান মাইবদো নমদুনা শাউহল্লে, কনাগী থৌ-লাং অমত্তা মখোয় ইমুংদদি মতৌখ্ররোই হায়দুনা মরেংবান্দগী উরৈরোম শংবা খুদৈ অদু লৌথোক্তুনা কলল্লগা বেং বেং ঙাঙলদুনা চৎখ্রে। বসন্তগা কুন্দলৈমগা লমদম অমত্তদা লৈমিন্নে। লবুক লম্কাং অমত্তদা কোইনা চেন-চোংদুনা শান্নমিন্নে। সুকথা থাদোক্লুদে, নুংশিনবনা পৎ তৎনৈ। ঐখোয়না খল্লি, মখোয় অনী অসি ঙরাংগী ঙখানি। অদুবু, লৈশা পাখং শারেপ ফাদুনা চেল্লবনি হায়দুনা য়ূমদিন্নখ্রে। অঙকপনি ইরৈবাক অসিদা নিশাগী নোংলৈ নুংশিৎনা ঈশিং ঈচাওগুম শন্দোক্লক্লে। নহা অহল খায়দনা ঈরৈ অসিনা থূক্মৎতুনা মীকপ মীরাওখোলগী খোঞ্জেলনা, লৈরক কোঙ্গাং পূম্নমক নীল্লক্লে। নহা ওইনা বসন্তদু য়ুদা লাইচুখিবনা মশা অদু মীওই লাল্লুপ চাদ্রে, মমায় পোমখৎলক্লে। মবুক লেংবা-থিনবা হৌরকপদা মনাক নকপদা লৈবা নর্সনা মতম মতমগী ইঞ্জেক্সন পীদুনা অনা চৈনাখোল খাংলি। লায়েংবগী থবক তৌই হায়বগীদমক তোমান মাইবসু বসন্তগী অনাবা হৌরকপদা লাকথ খোৎথবদা চেন্নরী। ঐখোয়না হংনীংলিবদি ডাক্তরদা পুখৎখ্রিবা বসন্তদু করিগী য়ূমদা হরাও-হরাও হল্লক্ত্রি? ডাক্তরনবু অনাববু হেক্তা ফহনবা ঙল্লবদি করিগী ৱানরুগনি। পুকলিন পৎ পুল্লবা লীভর শোক্লবা বসন্তদু অনা চৈনাখোল খাঙবা ৱারদুনা, মতম পূম্নমক্কী ওইনা কুন্দলৈমগী মিৎমাঙমক্তদা অরোইবা স্বর হোদোকপ্লে। নৌজরিবী নুজাদুনা পামজখিদ্রবা লুখ্রা কৌবী লৈরাং অদু বিধাতানা নমদুনা চিলহনবিরে।

ঙানু থঙ্গোং জুরাদুনা নুংশি ৱারী শাসি হায়দুনা ঈপাক থক্তুদা চাক্তাগদবগী পাইরকপদা মঙাইরি, মখূৎতা লীরুং তেন পায়দুনা ঙাইদুনা লৈরল্লমাল্লে, মীনুংশি য়াওদ্রবা শাদানবা অদুগী তেন্না থাদুনা নামা

হাৎতোকপীখ্রে। উপায় লৈজদ্রবী অমোম অদুনা ফ্রং-ফ্রং চোংলদুনা কপ-লাউদুনা লৈহৌরি। মসিবু য়েংহৈরিবা দৃশ্যরা? অহিং তাংলৌনা থেংজিল্লক্লবা নুংথিলগী থবক ইনখাং লোইরদুনা পোত্থারগে হায়দুনা কোক্কা মোনগা তায়নবদা মঙাইরি, অহিংগী অচিকপা থুগায়রদুনা মাগী মিরবা খোঞ্জেলনা 'তামো বসন্তা' হায়দুনা তেংথা-নাওরোইবা হৌগৎলক্লে। ময়াম্মা খন্নে, থাবলনা ফগৎলক্লবা মাগী কপ-লাউবসু হেনগৎলক্লগনি। কুন্দলৈমগী মমা রাণীদি মচানুপীগী মরাইবক্কী খনবদা ৰা ঙাঙনীংদে, মচিনবান মথক মখা অনীমক কংখ্রে। মচা য়োকপা ঙমজনবা উপায় থিরগে খন্দুনা সার্কল এম:এল:এ: গী ময়ূমদা লাক্লে।

— ইবুংঙো শরত !

— ইন্দোন ইবেম্মা, উথোক্তনা উইদা,করি মরম লৈবগে?

— অতৈ নত্তেনে, নচন কুন্দলৈমগী ৰানিনে, মপুরোইবা বসন্তগী শোরাৎতা ইবুংঙোসু লেঙবিরকইদনা।

— ইবেম্মদু করি তৌরে?

— মচা অনীদু য়োকপা ঙম্নবা থবক অমত্তং তৌহনশিরা হায়দুনা লাকচবনি।

— ইবেম্মদু থবক্কা তৌহনবা পামবিব্রনে? ইন্দোন ইবেম্মগী ৰাখলগী মখা পোনবনি কনা অমনা নুপীনা মপান ইপান থোক্তুনা থবক ইনখাং তৌবসে পাম্নদবসু ময়াওই। ফিশা লোনশাগী লোন-নুং লৌদুনা হোৎনবিগে হায়রবসু ঐ লৈজরি। লোক সভাদা কমেন বিল পাস তৌনবা কন্না হোৎনরি। নুপা নুপী রাইট চপ মান্নরবনি। নুপীনা মপান থোক্কে হায়রবদি শাজৎ হৈরগা লোইরে। পি.দব্লিউ.ডি ডিপার্টমেন্টতা কেরানীগী ফম খরা হাংলি। ইবেম্মদুসু কেরানী ওইনা ইনশিনবা য়াগনি।

— হোয়নে, য়ূমদা ফি শাবনদি মচা য়োকপা ঙন্নোইনে, ইবুংঙো ! সে, লুপা লিশিং য়াখ্খে অসিনা মন্ত্রি তায়নবিয়ুনে, ৰারৌবিবদি

য়াদে,

— হৌজিক্কী মতমদা য়াম্খেসিনদি খরখিৎ নৌমল্লে, য়াম্খে অমতংগা থিবিরুরো। সূর্যদেবনা শাক্কিনি, ঐদি নয়া পৈশা অমত্তা চাজরোই। এঃ ইন্দোলখোয় খ্বাইনা থাগৎপিরগবু করিগী চেন্দনি, হোৎনজগনি।

— অৱাৎপসু হাপচরকখিনি, চাকসু কৌজখিনি, ৱাবিবা য়াদে।

— ওইরে হেক্তা খনবিরো, হয়েং ইবেম্মদো মন্ত্রিগীদা শক অমুক্তং উৎলুদবা য়াদেকো।

— য়াইদা অদুবুদি।

— লেঙবিরো থেঙখিনবনি, ঐসু চে চাং খা শূজহৌখিগে।

— ফগনি।

মখুল চুম্না ৱানোম্বনা কুন্দলৈমা রেগুলার কেরানী অমা ওইবা ফংজরে। হেড ক্লার্কনা তাকপী খোৎপি তৌদুনা মহাক রিসিপ্ট পায়হল্লি। মহাক্না ওফিস কারকপদা শেৎলল্লিবা ফনেক অদু পুঙৌ ফনেক্লি, ইনফিসু অঙৌবনি, লাইনা য়ারোই মপান অদুতংদি অশংবনা খুবীমুক পাক্লা দারী অমতং চেল্লি। খুদোপ খুজি লৈতেংগী পোৎশক অমত্তা মশাদা পক্তে। চন্দন অদুসু অমুবনা থিল্লি। কনা অমনা নুপীমচা অসি নৌনা লূপ্রা ওইরেসে হায়না খল্লি। পাখং মচাশিংদি করি থোকয়ে হায়দুনা তৌজ শারিনো মহোয়গী 'হরে রাম, হরে কৃষ্ণ' অসিনা নৌরিবী নুপীশিংসিবু রিক্যাইট পংতৌদা তৌরিসিবু হায়না শাউনবা য়াওই।

কুন্দলৈমা ঙৌনা রাশি লৈ, মশা তোংগানৈ; মশম মনা ফৈ। শক অদু লমহেনবীমক নৎত্রবসু য়েংনীংবা অমদি পোকই। খোইদারুবা কনানদি মশুংলাংগী পান্বোম তিংবদগী হেন্দোক্তুনা থৱায় ফাওবা থাগে হায়রক্কনি। মাগী মোং হাজদবা ইতুক তুকথবা মতৌদুদা ওফিসারনা লুনা তৌবী। নোংমনা হেড ক্লার্কা চা লৈবী, নোংমনা একাউন্টেনগা চা থকমিন্নে। মঙোন্দা পীজনীংদবা য়াওদ্রে, নুপাশিংনা পান্বোম তিংফম

ওইরে মাগী মফমদা। মমৈথংদদি নুপা মখৈ মশুংলাংগী মপুক্তা থরুম তৌনরক্লে। ঈরাংগী সমাজ অসিনা হার হাপ্পুনা য়োকখৎপীরম্বা লৈরাং অদু হৌজিক্তি গারো খাসিয়া জয়ন্তিয়া চীংদা হৌবা পিটচর প্লান্ত হায়বা তিল কাং ফাদুনা ঈ চুপ্পা ঙম্বা উরী অদুগা পাংখক ওইরে। পীশুম য়েকখৎলক্লে, মচিনবান শংলক্লে, সন-গ্লাস উপশিল্লে, ফনেক্কী মহুৎতা সাড়ি ওইনা শেৎখ্রে। মাগী হোংলক্লিবা লীচৎ-শাজৎ ফিজেৎ-চাকচা অদু উবদা তোম্বীরৈনা মমিৎ খৎতুনা ইবেচাওবীদা হায়রকই, 'মহৌশাগী নৎত্রে, কুন্দলৈমসে ওম্বোক্লা কেখৎলক্লেদা।' শক অসিনা তৌজ-শারিসে, য়েংনীংদ্রেদা, মপুরোইবগী ফিরোইমকসু য়ৌদ্রি, মীকপ মীরাওখোল লেপখিবদা মঙাইহিরি, চাক চগ্রিং অমনা মাঙথোকই হায়বদুনি।

কুন্দলৈমা রিক্সো কাখৎকে তৌরিঙৈদা স্কুটর অমা লাক্তুনা ওফিস য়ৌখি। নুমিৎ অদু ছুটিদি নত্তে, কুন্দলৈগা মণিগা ওফিসতা মশক উদে, ছুটি লৌখ্রব্রা খঙদে।

অয়ুক ঙন্না হৌগৎলদুনা কুন্দলৈমা প্রোগ্রাম চৎনবা মকে শেল্লি। করিনো খরা ফুৎলদুনা মচা অনীদা পীজরি। মচে অদুদি চহী অহুম-মখায় হায়রক্লে, মৌপ্পা অদুদি চহী অনীরোমদগী হেল্লম্লোই। নিংঙাই তৌদ্রগা লোইরে হায়দুনা ওফিস কৃম্নকপা খুদিংগী কৈথেলদা য়োনবা থাউ শেংদবদা তাওবা অথুম অহাউ লৈরক্তুনা পীজে। ঙসিদি মচে অদুসু স্কুল কাহন্দ্রে। হরাও হরাও প্রোগ্রাম চৎলগে হায়দুনা যুমলোম্নবদা শিন্নরগা মখোঙ থাংদোক্লকপদা অতোম্বা অদুনা সাড়িগী ফিজি য়াল্লদুনা 'ইমা ঐসু চৎকনি', হায়দুনা নিংঙাই তৌরক্লে। 'সে নচেগা লৈহৌরো, হোরেল লড় লৈরক্কে।' মপুক তহী-তহী কংলবা অঙাং অদুনা অমুক্তং পেচকারি কাপ্লগুম মখোঙ (অমাংবা) হামদোরকপদা মাগী সাড়ি অদু পুমতৈ তৈরে, ওসু ওরে। নহালমখৈ য়াই থাখিবদুনা ঙসিদি দশা তারে। 'ফত্তেদকো নঙসে, নঙনা ঐগী প্রোগ্রাম পুম্নমক শোইহল্লবা', হায়দুনা মখোঙ থিন্দুনা হাৎখিনগদবগুম কুন্দলৈমদো মপি চদুম-চদুম তারদুনা

কপথোক্লক্লে। কপ্লা লাউনবগী খোঞ্জেল তাবদা, 'হা করি তৌরে' হায়দনা তোমান মাইবনা অঙাংগী মিহুল য়েংলগা "নীংথম কাম্বী চঙলকপগী লায়নানি অতো অঙাং অসি ডাক্তরদা পুবনা ফরগনি" হায়দুনা 'রায়' তারকই।

--( )--

# শেল্লেপ মাঙলবী

কনানো লময়াইদা তুরিবসিদি? ইবৈল্লেখোয়দা লাকপী মেমচানা হংই।

— খঙদে ইনম্মা মকোক ঙাওরিমাল্লে।

— সেবা মতাদুদবু ঙাওদদিকো।

— ঙাওফম ইরৈ লৈতবগুম তৌরিসিবু।

— হে, বা য়াম্না ঙাঙথ্রেদা, ইয়ূমনি

— হৈমা! নয়ূমনি হায়বা ঙকচরেদা, অদুম্না হায়নু মী তাথ্রগা করিনি হায়না খনগনি?

— নও নত্তনা ইনাক্তা লেপ্লিনবা কনা লৈ?

— পাথং শরি হায়বসি ঙাঙবা শকপদি ঈশিং লিৎত্রেনে?

— নঙদি লৈশা শরি নত্তরা, মখোক লোইরবা উনাফাও নুংশিঙ্গা মরাল হেক্তা পীনিংব্রনে?

— ফরে, অদুদি ঙাঙলিবদু মঙলান্দি ওইনগুমসিকো।

— দিল নুংঙাইনবা ঙাঙলিবনি, পুন্সিদি পুন্সিনি লুনা খল্লোইদবনি ইবেম্লে।

— করি তা-বীরমনি! নঙ দিল লেনফম থিরিবোইয়ে, অদু ওইরদি থুনা মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রো?

ইবেম্লেগী মায়থোং জুবাকুশুমগুম ঙাংশং ঙাঙশিনখ্রে। পাখং লৈশাবীগী ৱারী তারম্বী মেমচাদো,

— পুক্লীং ইনৌ নৌথোকই, ইথৌ য়াম্বনা 'চৎলে'

হায়রল্লগা থোকখ্রে। মেমচা চৎখ্রবদা,

— হে নঙগীসিবু শাউরিবা হায়বদুরা?

হায়দুনা বীরমনিনা ইবেম্লেগী মশা পায়দুনা চিংশিল্লি। কনাসু লৈতবা মফমদুদা থাবু রাহনা উমখ্রে! নুমিত্তুমা হৌখ্রে, নোং ঙাল্লে। ইবেম্লে ইংখোলদা চঙদুনা য়েন্সাং হেক্লি। মানা হেক্লিবশিংদুদগী ফজবা খনগৎলগা প্লাসতিক খাও অমদা, হাপচিল্লগা মৌপ্পাদা থৌদারকই,

— শ্যাম, নঙ তা-বীরমনি খোয়দা য়েন্সাংসি খরা থিল্লুচো, হল্লকপগা নঙগী তল চানবা লুপা মঙা পীগে।

"হোয়" হায়দুনা সাইকলদা খাওদু য়াল্লদুনা অঙাংদু মনীং তেকথোক্তুনা থৌখ্রে। শ্যামনা বীরমনিদু ময়ূমদা থেংনবা ফংদে। মচেনা পীরকপা পোৎতু মখূৎতা পীনিংবনা খোঙ্গুল লিরকপদা, রাধেগী মচানুপী হেমাবতী হায়বীদুগা ফাগী তৌনদুনা লৈরিবদু উবদা, "তা বীরমনি তা-বীরমনি" হায়না কৌথোকই। শ্যাম উবদা থোরক্তুনা "করি তৌরে?" হায়না হংই। 'সে, ইচেনা পীরকপনি, নখোয়গী য়েন্সাং ওইনৌ।" "য়েন্সাংসিবুদি ফংলে, থোংবিনবা লৈতেনে ভাই, হয়েং নখোয় নচেদো পূজারি খরা ওইরো হায়য়ুদনা।"

ময়ূম য়ৌবগা মচেদা হায়রকই, 'মাগী বীরমনি হায়বদু চঙহনগনু, মখোয় লৈকায়গী লৈশাবী অমগা ইরাং তৌদুনা লৈরম্মী। ৱাদু মনাদা হাপতে, হয়েং মখোয়গী পূজারি ওইবিরো" হায়না মৌপ্পনা তল্লবদুদা

মপূক্লীংদা খন্দুনা লৈ। হয়েং হায়বদু হৌজিকমক হেক ওইহননীংগ্রেদা, মতমবু খূৎলাম তোয়না কৌরি ইবেম্লেনা। য়ৌরক্লে মতমদো অয়ুক পুং তরা তাদ্রিয়ে। হকচাং চনবা মিংশেল অমগী মমাঙদা কেনবগী মচাক পুশিন্দুনা কেরি ইবেম্লে। লোইরবদা লৈজবা শেল খরা বেগতা হাপচিল্লগা মথায় নুংঙাইনা থোরক্লে। অতৈদা চত্তে, তবি তবি বীরমনিখোয়গী থোঙ্গালদা চঙলক্কুনা বীরমনিগী কাদা থারিবা সোফাদা ঙেক ফমথে। ইবেম্লেবু উবদা বীরমনিনা—

— ওন্তানা য়ৌরক্লেদনা

— মফম মতম খঙদনা ঝা ঙাঙবগী ঝাফংনগে লাক্লিবা, অঙাংদা পূজারি ওইরো হায়রক্লিবদুবু চুম্লিব্রা?

— লৈত্রদি অদুমঙাই, লাক্লবনিনা চাক থোংগৎলম্মু।

— অওইব্রনে,

— ফাগী তৌখিগদ্রা হৌজিকপু, ঐ চৎলে,

— থুনা লাকপীয়ু, কিজৈ ইথন্তা,

— ওম্ভোক ওম্ভোকপা, য়ূমদা লৈববু কিরিবা?

ইবেম্লে চাক থোংগৎগ্রে, থিন্দে। অমদুসু ঙা কৌতা অমা পায়দুনা চঙলক্লে। থুগায়দুনা লানশিল্লি। মচলসুনা হাপ্পুনা থাউনা শোক তৌরবা য়েঙ্গাং মনম্মা বীরমনিগী নাতোন্দা "হাবিররো" হায়না সলাম তৌরকই।

নহালমখৈদি অথোংবা চাক্লা কোকফাই কাদুনা মাংবনা অয়াম্বনি। তরু তরু ঙসিদি অনী ফমদুনা চামিন্নবদু মতৌ মাল্লে। চাবা লোইরে, চৎলগে হায়দে, থিনবিরগে হায়নদে। মতমদি ফনা থেংজিনগ্রে। কাদুগী ফক্লাং ঘড়ীদা য়েংখৎলুবদা, ইবেম্লে খংপ্রেক খংই, নুমিদাংগী পুং তরামাথোইমখায় তারম্লে। থম্মোয়দা মিহুল চোংবা হৌরক্লে, অয়ুক লাকপনি, হৌজিক্তি নুমিদাং ওইখ্রে।

— ঐ য়ূমদা হনবা ফরক তাদৌরি।

— হন্দ্রবদি কমদৌগে হায়রিবা?

— অসুম লৈরেদনা

— অদুমা ঐ খঙদে

হায়রল্লগা বীরমনি মপান থোকখ্রে। ইবেল্লে তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই। মিকুপ খরগী মনুংদা বীরমনিগী কাদা নুপী অমা লৈরে হায়দুনা য়েংবা লাকপনা অহিংগী অচিকপা থুগায়রে। কদোমদগীনো পাউসি রাধেগী নাকোংদা থোক য়ৈরে। মচানুপীদা ওনশিন্দুনা "নয়াদা চাগদবা অহাওবদু, তামো হায়দুনা লানশিনবদু পেল্লে, নুপী চেলক্লে হায়বনি। ঐ মপাল থোকচনীংদ্রে, লৈকায়সিদা ইমায় উৎচনীংদ্রে" মমাগী পাউসিদা হেমাবতী শাউবনা মমিৎতা ঈ কায়। ফমুংদগী ফুক হৌগত্তুনা চৎখ্রগা, ইমা ইবেলশিংনা বাহং পাউহংলিবী ইবেল্লেগী নাক্তা শৎ চঙশিলক্তুনা, "নবেম্মনা লৈদৌরিবা য়ূমনি, মিনাইনুপী নঙগী করি মফম লৈ" হায়দুনা মশম ফোইরুরে। হৌরক্লবনিনা ইবেল্লেসু হেমাবতীগী শম ফোই। করিনোনে বীরমনিসিবু নহালমখৈ ময়ূম পাল্লরোইদ্রা হায়না ঐখোয়না খল্লুবদুদি মাদি নুপী মরোল-মরোল থল্লিবা জাৎনিনে হায়দুনা মমিৎ খৎনদুনা ময়ামদু নোক্লে। নুপা ময়ূমগী মীগা য়ানবা অমগী মখাদা হেমাবতী ময়ূমদা থিনখ্রে। 'শেন্দোং ফংগদ্রা হায়দুনা মখোঙনা থোংনা হরাওনা লাকপীদুমদি শেল্লেপ মাঙদুনা ময়ূমদা হল্লগদ্রা খন্দুনা কপ্তুনা অদুম ফল্লি।' নুপী খরা চঙলক্লগা,

— নুপীমচা নফি হোংদোক্লো, নয়ূমদা থিনবিরগে।

— ঐ থবায়গা হকচাংগা কায়নদ্রিমখৈ য়ূমসি থাদোক্তুনা চৎলোই, ইবেল্লেনা খুল্লকই,

— হায়, নঙগী ফনবনি, ননুং কনগনু।

অহিং নোংশোইবা ইকাইবা কয়া খাঙলক্লবীদো, কুচু কুমেল তাইফেৎ তাইশিনখ্রে। মখোয়না হায়বদুনা ফগদ্রা খন্দুনা ইবেল্লে কারদা কাখৎলে। অদুবু মানা থুংলুরিবা মফম অদুদি পুলিস ষ্টেসন ওইরল্লে। শাদানবগী লাংদা থুরবী শজি অমোমদো, নুপী কন্সটেবল অহুম মরিনা কোইশিন্দুনা

হৌগ্রবা থৌদোক অদুগী অৱা অনাগী মপাউ হংবিরি। কনানা পাউ পীরুবনো খংন্দ মাব পোকপা ইঙেনজাওদো 'ঙরাংদগী ইচা থিরকপবু মফম অসিদা লৈরেদনা', হায়দুনা হেক চঙশিল্লকই। মপাগী মশক উবদা উপায় লৈত্রবীদো 'বাবা' হায়দুনা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা হিক্ল-হিক্লা কপ্পক্লে। 'ইপা লৈরিসিদি' হায়দুনা কোনখৎপীরগা ওক্টোরিপ্লো অমদা হাপ্তুনা মচানুপী পুদুনা ইঙেনজাও চৎখ্রে। মপা মচানা হেক চৎখিবগা বীরমনি কা অমদগী থোরক্তুনা ও:সি:দা হংলকই,

— সার, নুপীদু কদায়দা থম্মীগ্রবগে?

ও:সি:না,

— অঙাওবীদুরা? মপানা পুদুনা চৎখ্রে।

চম্বদা ঙাইরিবা চুরুট অদু অমুক্তং শাংনা চিংলল্লগা খুৎলৈ থুনা মমাল্লবগী স্কুটর মনীংদা নপ্তুনা বীরমনি ষ্টেসন থাদোকখ্রে। থৌদোক ৱাথোক অদুগী ৱারী ৱাখোঙ তাহৌবা অঙাংশিংদুনা করি নত্তবদা বীরমনি তম্মা লৈতুম লংহৌরি।

--( )--

# ব্রাহৈদুমক্না ঙাওহৌরি

লমতাগী থাজনা মায়থোঙ মকা লাম্না নোংপোক থংবা অতিয়াগী মায়কৈদা চীং লেম্না ঙাম্থোইরক্লিবা ঙসিগী অহিংসিদা শাবী-শানৌশিংনা খুজেং পাল্লোইনরদুনা নুংঙাইরবা রাগদা থাবল চোংলদুনা বসন্ত রাণীবু হরাও-তয়াম্না ওক্লি। জীবনলতা হায়বী লৈশাবীসিসু মাগী থম্মোয়গী খোইমু ব্না কন্না ঙাঙদবা মুদং তৌনা রাশি লৈবা খ্বাংজেংবা বোকুলজাওবু ঙাইরি। ঙসিগী অসুক তান চারবা তাঞ্জাসিদা মমান্নবা অহুম মরিগা লোয়নরদুনা য়ৌরক্লে বোকুলজাও। হরাওজরে জীবনলতা পামেলগী মশক ওইরবা বোকুলজাও উবদা, তাঞ্জা য়েংলগা চঙশিল্লক্লুনা পায়ররে জীবনলতাগী মখূৎতা। অনীগী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা নুংঙাইরবা রাগদু মায়থোঙদা তারে।

— কয়া কুইরে হৌবা?

— কুইরে লোইবু লোইদৌরে।

— কদায়দা চৎলুবগে? অসুক থেংনা য়ৌরক্লিববু?

— ইমান্নবা ঙাইনবদা থেংলকপনি।

— ওইরমনি মফম অমা অনী চৎতুনা শকহেনবী কনা কনা য়াওবগে য়েংলুরিনি।

— হাক্লা থাজনদবা তৌনগুমসিদা। জীবন ঐনবু কাংগী কূম্ফে খঙদে, লাই-হরাওবা খঙদে করম্বা মতমদা য়ৌরক্তবা য়াওখ্রবগে?

— য়ৌদি য়ৌবিরকই, য়েংবদা মিৎলী তৎতৌরকান্দা।

— কান্নদবদা ৱা য়াম্না ঙাঙনরে, হন্দক্কী য়াওশঙ লোইশিল্লকপা অসিদা চেল্লসিদো।

— অউনপোৎকা লৈজদে, থুমল্লি।

— নঙসু ইমা লৈত্রবীনি, ঐগীসু লৈ হায়বদু মঙাই লৈতবগুম্বনি, ঐনবু নফমদগী করি পান্নুগনি। ঐনা কলকচরিবদি নঙগী মক্তবা নুংশি ঈচেল অদুতনি।

অচুম্বনি, পাক চাওখ্রবা তাইবঙসিদা বোকুলজাওনা আশা তৌবা পোৎশক অমত্তা লৈতে, জীবনলতা নত্তনা। মানা হায়রিবা অদুমক মপুক্ল ীংদা য়াংনিংলদুনা লৈপাক্তা মরূ লূকথরদুনা মমিৎতগী মপি শিন্থরি। ঈরাং থাংলবা লমতা থাগী থামৈ ওইরক্লবদা, মখোয় অনীদু চেন্দুনা পুন্সি লৈপুন শেমখ্রে। বোকুলজাও ইম্ফালগী চিদাই অমদা পীক্লবা ইংখোল অমদা পোকমিন্নদবা ময়াম্বা অমসুং মতৈমগা লোয়ননা লৈমিন্নে। বোকুলগী মমাদি খুঙ্গং নিংঙোলনি। মপানা খুঙ্গংদুদা ঠিকা তৌরম্বদা মমাদু কোয়রুবদগী বোকুলজাও পোক্লকপনি। মহাক ইম্ফালদা লৈরবসু ইরিক লাইশুদা খোইচঙদে, খূৎনা শূবা থবকতমক মতৌই। মদোম ঙাইরিঙে অৱাৎপা থোইনা খল্লুদে। হৌজিক্তি মীচাবোক অমা লৌরুবদগী অনী শুরে। পুন্সিদা অৱাৎপা ঙাক্তা পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তা, চীনদি কাঙদে থম্মোয়দা নিংদোন পোম্না মতম লেল্লি। নোংঙানবগা ময়াম্বা মণিকান্তগা মতৈমা আশারাণীগা ওফিস নংনবা জীবনলতানা চাক য়েন্সাং থোং থাক্তুনা পীজে।

তলব ফংবা নুমিৎতদি মতৈমগী অনৌবা ডিজাইনগী সাড়ি, ফজবা ফি মতেক, ময়াম্বগীসু খোঙুপ-খোংগ্রাও অহনবা, মখোয় অনীগী শরুক্তি থুংবিদে।

— পুন্সিসিবু নুংঙাইরিব্রনে জীবন ?

— নুংঙাই,

— শেংনা হায়রবদা নোম্ল নোম্লগা কোংজেং কোকফাইগী পুন্সি তারবা পুন্সি মরেলসিবু নুংঙাইব্রনে?

— নঙ লৈবা মফম অসি ঐগীদি নুংঙাই হায়রিসিনি।'

— হূই হৌদোংগুম লোয়নরিবা ইমুংসিগী শাজৎসিবু হৈনা খাঙইদকো নঙসে।

— মফমসি নত্তবা কদায়দা অমুক লৈরিবগে ঐখোয়গী চঙজফম? নঙগী অশেংবা ননেমবোক্তি অরাপ্পা খুঙ্গংদা তরক-তরক মথন্তা লৈনে জীবন।

— অওইব্রনে নোংমতা নচিন্দা ব্রাফমদুদি ঐঙোন্দা পল্লক্কেনা। নোংমতং ইবানি চৎতুনা খুরুম্মুসি।

— অদুদি ঐদি হৌজিকমক চৎতুনা খুরুমনীংলে।

অসুম্না মখোয় অনী মমা মনেমবোক খুরুম্বা লাকপদগী অদুম লৈম্রে। মফমসিদদি নোংঙানবগা চাক য়েন্সাং, ফিশু ফিচাম তৌবা মদুগী নুংনাংবা করিমত্তা লৈত্রে। মীব্রা মীশা তাদ্রবা পুন্সি মরেল অমদি জীবনলতা লেঙবা ফংজরে। দুকান্দা য়োনবা অচা অথক পংনা চাবা ফংদ্রবসু লম্মাংদা মুনবা হৈজামপেৎ, ইংখোলগী হৈখা মালহৈদি মরাং কায়না চাবা ফংই। ইংখোলগী য়েন্সাংগী ব্রাৎপসু লৈতে।

ইঙেল থাগী থয়াইনি। নোংনা ফুদিৎ ফুনা চুদুনা মপান ইপান থোকপা ঙম্লদবা মতমনি। জীবনলতা নুমিদাংগী চাক থোংগে হায়দুনা মৈ থাগৎলি। তাঙ্গাদুনা বোকুলজাওদু লূ কাইরুব্রা ঙা খরা পুরক্তুনা জীবনলতাদা পীরে।

— নফি হোংদোক্লুরো, মৈ য়াইরো ইবানি ৱারী শাগদবা লৈ।

বোকুল চঙশিল্লক্তুনা জীবনলতাগী নাক্তা ফম্লরে,

— করিনো হায়রোদনা?'

— মতাং অসি য়ৌরফাও নঙ ৱা অমত্তা হায়দ্রিসিবু করিগীনো?

— করিনো ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

— খঙশিন্নররোই নবুক থল্লবনিনা, পেনথোকপা হৈরেদকো।

— কোচি থাংদ্রবসু হায়নীংবদু কোক হায়গে লৈতে। নৱাসিগীসু খরা খল্লু হায়ৱানি।

— কনানো নৱা হায়ববু ?

জীবনলতানা বোকুলগী মখূৎতু তাপ পায়রগা মবুক্তা থল্লগা,

— খঙলব্রা মনুংদা চোংলিবসে, করম হায়না মপান থোকহনগে হায়রিনো?

— অদুগী ওইরে, মরাইনা থোকচরক্কনি। মফমসিদদি ডাক্তর খানাসু লৈতে, ডিসপেন্সরী অমত্তসু হাংদে করম পোক্কদৌরিবা?

— ইম্দোল মেরা লৈরিসিদি।

— হনুবী মঙৈ নীকপীদুবু পোকহনদৌরিবা, 'হৈমা, কিজৈ ঐদি ঙমজরোই। মিৎ-মায় পাঙদ্রিফাও ইম্ফালদা লৈরুবনা ফৎত্রা?

— লাক্লবদবু অমুক করম মায় ওল্লুগনি।

— হাক্লা ঙক কন্নগুমসি নুপা, হন্দক্কীসি অহানবনি।

অসুম্না মতম হৌখিদুনা নুমিদাং অমা জীবনলতা অঙাং উন্নগদৌরে হায়দুনা বোকুলজাও মাইবী কৌবা চেল্লম্মী। তশেংনা হায়রবদা চাবোক অদু বেরা চক্রী থাংলে। বোকুল নুংশা থিবনা মশা থক থক নীক্লক্লে। জীবনলতাবু সিভিল হোস্পিটালদা পুরগে খন্দুনা মহাক ওক্টোরিক্লো ৱায়বা চেনখ্রে।

অদুবু অৱাবদি, লাইবক থীবিদুনা কোইশিন্দুনা ফল্লিবা ময়াম অদুদা খুইথরবা থম্বালগী লৈনাগুম্লবা মিৎম্না অদুনা কোইনা য়েংলদুনা

বোকুলজাওবু থিরক্লে। উরক্তুবদা 'ঐদি চৎকদৌরে, তা বোকুলদি উদেনা', হায়রম্লগা জীবনলতা লাইবক থীবদগী মপুরোইবা বোকুলজাও উনবা ঙল্লমদনা অঙাং উনবদা অরোইবা শ্বর হোন্দোক্লুনা তাইবঙপাল থাদোক্লুনা চৎখিরম্মী।

--( )--

# লৈবুংনা ষণ শাবনা 'মো' খোংবা হৌনদে

শজিবু থাশিদুনা কালেনগী মঙানি পাল্লে, ঙসিসে নুমিৎনা ইরাইনি। ইবেথোইনা ইখি খিগৎলদুনা ইন্দুনা মপূক্লীং চঙনা ফনেক লোন্দুনা লৈজরিবীদুদা মমিৎ-ও, মনা-ও,

— যেংঙোই নঙ পাউ তারব্রা?' হায়দুনা কিৎ নল্লরে।

— করি পাউনো তাজ লাকচদে।

— . হেড মিস্ত্রি যাদুদা কিরণদো ঙরাং চেনপ্রে।

— করম্না মখোয় অনীদি অমুক তাইশিন্নরিবা?

— ঐখোয়না তাজবদি কিরনদুবু যাদু পনবা য়াদে হায়না তায়দা।

— পনবুদি য়াইদা যাদু উবদা কিরন্না মমায় লৈথোকচবনি।

— অমদুনদি ইকাই হঙ্গোই হাংবা জাৎনি, কিরণবু কোইশেন শেন্নদুনা লৈরিবনি।

মী তাল্লক ওইবদুদা ইবেথোইনা থৌনা ফনা,

— মীগীদি ফনা খৎনরবসু থুংনপ্রেদো, নখোয় ঐখোয়গীদি কমদৌবা?

— অসিবু ৱা ওইনা ঙাঙলিনে, ঐখোয়দি ফনেক লোন্দুনা পম্বৌগী ইংখোল শংদুনা অসুম লৈবা হায়বদুনি।

— অদুক নুংঙাইবা পাউ পুদুনা লাক্লগা ঐনা নঙবু করম্না থাগনি। মখোয় অনীগী শাংলবা পুরাণদো কোন্না লীবিরো, য়েংঙোই ঐ চাক চাদ্রি। ঐনা লোল্লিবা ফনেক অসি মপুনা লৌবা লাক্লল্লে, লোইশিন্দবা সুকয়া য়াদ্রবনি। ঐখোয় ইমানা লফু ইরোনবগা বেশোন পাক্লমগা তৌরি, নঙসু মহাও তংলুসি। চাক তোক্লগা ৱারী মখা চথশি সে হৌগৎলো।

হায়দুনা ইন্দুনা ইবেথোইদো মখূৎ পায়দুনা চাকশঙদা পুশিনখ্রে। চাক তোক্লুনা মখূৎ হেক তৈথোকপগা মখোয় অনী ইংখোল মতোন্দা মোড়া পায়দুনা, ফান পুদুনা ৱারী মখা চথখ্রে। য়ারে, লীথরো মখোয় অনীগী ৱারী মখা চথরো হায়দুনা ইন্দুনা ইবেথোইদা য়াথং তাওথরক্লে।

— নঙসু খঙলেদনা যাদু পাখং কোনশেং নত্তে হায়বা, অঙাং মচা নুপা অমা লৈরেদনা। ইনম্মা লাইনা ঙন্তা লৌশিনখিবনা যাদু পাত্রা ওইরে। অমরোমদা কিরনদি লৈশাবীনি। মাগী মশাদা করি সিদ্র লৈ। থবক ইনখাং ফিশা লোনশা, লোনবা খোৎপা, ইংখোল কোইবদসু মপা লৈতবীনি। ইবা পাবা ঙমই। খুঙ্গংগী চনুরা ওইজরবসু মহাক্লা শেৎতোক চাথোক্লকপদা মীনা য়েংনদবা য়াওত্রা? মগুণ অসিদা যাদুনা মতিল য়োৎপমখৈ পামজখিদুনা মচা য়োকমিন্নসি হায়দুনা দাবী হেক্তা তৌশিনবনি। মসিদা মানা করম্না পাক হেক য়াগনি। যাদুসু নীশাদগী থাপ্না লৈবা মীশক্লি। মরৌ থোক লোইথোক্লম্লগা ঠিকাদারগা সঙ্গা তৌদুনা ইম্ফালদা চেক্কী য়ূম, ওফিস কয়া শাদুনা শেল তাল্লিবা মীশক্লি।

— অদু ওইরবদি কিরন্না যাদু উবদা করিগী মঙক লৈথোক্লিবা?

— ঐনা খঙজবা অমদি লৈ, নোংমা যাদুগা কিরনগা খুন্দোন্দা লৈবা অসেম হোটেলদা চা থকমিন্নদুনা ফমিন্নে। অনীদু অমনা অমদা য়েংনদুনা মিৎনা নুংশি মপাউ ফাওদোক্লবা মওংনি।

মতম অদু থব্রান ওইরক্লে। ঐখোয় বাবানা তহা-তহা ঐঙোন্দা 'ইবেম্মা ঐখোয় অব্রাং লবুক্তো, ফৌ মশক উখিদ্রে, নাপীনা কৃপদ্রে, খুল্লং খোল্লো,' হায়দুনা থৌদারক্লে। ঐনা ইনে মেমচা, ইচে লৈবাক্লে, অশংবীখোয় খোমদুনা লৌ হাবেংলুগে হায়দুনা থোরকই। তাঙ্গা অদুদা, হায়ঙম তৌঙমদবী ইচে লৈবাক্লেনা মথৌ ইরৈ লৈতনা, মীনা হরাওনা চামিন থকমিন্নরিবদুদা ওক্সিন্দুনা,

— হে কিরণ, নমান্নবা পাখং অমত্তা লৈজদ্রব্রা, নঙনা হনুবা যাদুগা ফমমিন্নদুনা চা থক্লিবদুবু

হায়না ফাগি হেক তৌরুরে, ঐনা কদায়দা হায়বিরুরিবনো হায়দুনা শোম্থাংননা খামই। খোন্দাদু তাবদগী কিরণদো মমায় ঙাংলদুনা ব্রা মচেৎ অমত্তা ফোঙদোক্লমদনা ফুক হৌগৎতুনা চৎপ্রে। নুমিৎ অদুদগী কিরণগা যাদুগা লাপথোক্লবা হৌখি। কিরণগী মচে অব্রাং লৈকিম্থবীদা ওংবীদো নারে হায়দুনা মচে সেবা তৌরুগনি হায়দুনা চৎখি। নুমিৎ মঙানিরোমগী মতুংদা খরা ফরমাল্লে, কিরণদো ময়ূমদা জীন শেৎপী নুপীনা নুপা শাবী ঢকা ককপী অমগা লোয়নননা হরাও হরাও ময়ূমদা লাকমিন্নরে। মখোয় অনী অসুক্কী মতিক চান্নে, তূমলে তূমিন্নে, চারে চামিন্নে। অমদুসু থবক্কাদি নুপানা কৈদৌনি, য়োৎপাক পায়দুনা থবক তৌবদা চিংনদে। য়াওং ইল্লু য়াবা নুপা অমদি ফংজরেদনা কিরণসে হায়দুনা ময়াম্লা করেম্নে। লিফেৎ লিফেৎ লাকচরম্বা যাদুদো, অনীদুগী নুংশি লীপুন্দো উবদগী য়েংনীংদ্রমাল্লে, শেল তানবদা পূক্লীং চঙখিদুনা থবক মফমদগী ময়ূমদা সুকহন হল্লকখিদ্রে। অমরোমদা কিরণদি ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা হৌখিবা থাবল চোংবদা, যাদুনা মখূৎ নোইর নোইরদুনা,'কিরণ নঙগী থৌজাল নত্তনদি, ঐ য়ূম লীংবা ঙম্লোইদৌরি' হায়না নুংশি পাউমেনখিবদু নীংশিংলক্তুনা মমিত্তা মপি শিম্থরি। কুমসিদি ঈশিং তাংবনা খুনগী নুপীশিংনা পূখ্রি অচৌবদগী ঈশিং হোন্নরিবদুনি। কিরণসু ঈশিং স্নাবুল অমা পুদুনা ময়ূমদগী লাক্লি। ঙসিদি যাদুসু থবক মফমদগী সাইকল তোংদুনা

ময়ূমদা হল্লক্লি। অরাপ্পদা শানৌ অমনা ম্লাবুল মকোক্তা পুদুনা চৎলিবদু কিরণগী শাজৎ মান্দুনা গাড়ী কন্না থৌজিলক্লে। মনাক নকশিল্লকপদুদা খংবোই লাকপোই য়েংখৎলুবদা যাদু ওইরম্লবদা চেনবা য়াদ্রদুনা তরাম্না 'তামো হনবিররুব্রা', হায়রম্লগা লূকথখ্রে। যাদুনা সাইকল খাম্লগা কিরণগী লম্বীদা চীংশাং অমনা থৎচিনবগুম থিংদুনা মখূৎতো মথাদা কোনশিন্দুনা,

— নঙ ঙসি নুমিদাং থোরক্ত্রবদি, হয়েং নখোয় ইংখোলদা ঐগী থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাং তারমদুনা,খুনসিদা ব্রাথোক ওইবদি শোইদ্রবনি।

মীপাই চাওবীদুনা মনা মেল্লদুনা—

— অদুগুম্বা ব্রাহৈ ব্রাতাদু তাজনীংদ্রে, ব্রাথোক ওইদৌ শরুক থোকচরক্লগে।

ব্রাহৈ অসি তাবদগী হরাওদুনা যাদু গাড়ী থৌখি। অসুম্না থুংখিবোইয়ে।

— হে কিরণগী নাক্তা লৈবী ঢকা ককপী অদুগী ব্রারীসু তম্মু।

— মাদি কপ্লগা বস পার্কিং তম্না থোরকপদা অহলশিংনা –লৈবুংনা ষণ শাবনা মো খোংবা হৌনদে– হায়না শোম্নে, অদুগা কল্লক পেল্লি, নুপীনা নুপীদা য়াওং ইনবী হায়দুনা অঙাংশিংনা লক্লবী হায়বদায়।

--(    )--

# নঙ ঈল চিংবা য়ারোই

— ফরেদা ঙসি ছুটিনি। অবাংগী ইন্দোল রাশেশ্বরী, ইনে থম্বাল লোইনা থৌরাং লোইহৌরে। ঐবুদা ঙাইদুনা লৈরম্লগনি। ঈশিং চিথরকপগী ঙাকুপ য়াম্লা লক্লে, হায়নৈ, ঐ ঈল চিংলুগে?

— চংলুনুদা ইবেম্মা, নামং মাঙনবনি। ঈল লুপা চাম্মকুন, হংগেন বা লুপা য়াখে, অশেম্মল লুপা কুন, মাঙহনবা, ঐ ঙমজরোই। নখায়না অদুক য়াম্না চিংনিংলবদি খঙদ্রে।

— অদো নুংশা খাঙবা ঙম্লবা কা, লৈখিগে লুপা ২০দংদি পীবিয়ুদনা।

— কাগী বা ওইরদি ঙরাং শোরাং চংলুবগী কোম-কা য়াম্না লৈবনি পুরোদনা।

— অদুদি কর্ম্মদা অদুক চাইখাইনবনি, কনানা চানবগে?

— খঙলে নঙ খরাখিংতি হেনল্লবনি, জার্দা চাবদা মমিং চংলবনি।'

মসিবু ইথন্তা চাত্রা ময়াম লোইনা চারিবনি।

'সে সে' হায়দুনা শরতনা ইবেম্লেগী মখুৎতা লুপা ২০ চংপী নোট অমা পীবিরে। শেল ফংলবদা হরাওবনা মখাংদা তুঙ্গোল, য়কোক্তা ঈল

হংগেন পুরদুনা তেঙ্গৈমক য়াংনা ইবেল্লে খোঙশানগ্রে। মশা ঙমদবী মচা নুপীদু হীদাক পীথক্তুনা শরতনা য়ূম শংহৌরি। অবাং থংবা লম্ফেল তাবা মখোয়গী লৈরক মচিন্দা অনিতাগী পান দুকান লৈ। ঈল চিংনিংবগী ময়ায়না খোঙকাপ কল্লুবনা দুকান হেন্দোক্তুনা মহাক খোঙকাপ অনী অহুম থাংলুরে। খঙনীং নীংশিংলক্তুনা 'হৈমা! ঐদি কাদি লৈদনা দুকান হেন্দোক্তুনা চৎলেদনা' হায়দুনা, হঞ্জিল্লক্তুনা 'সে সে লুপা ২০ অসিগী মতপ মঙা পীরকউ' হায়দুনা লানশিল্লি।

— ইচে অদুমদি হায়বিগনু, জার্দাগী মমলসু আঃ য়ৌখ্রে মনা ফংদদুনা অমদা লুপা অমা চিংদুনা লৌরকপনি, কৈদনো ঐনা তোংদৌরিসিবু?

— ফরে, মরিদং থুনা য়োম্নক্লো, মনা অপাকপা, কা অপৌবা খল্লকউ, জার্দা য়াম্না খিক্লকউ।

— অদুবুদি ননীং থুংনবা তপ্লক্কেদা, ঐগী কাসি চারবদি ঙা তুঙ্গোন খাংতপ ফাবদি শোইরোই

হায়না অনিতানা খুল্লকই।

— অদু থোক্লবনি ঐনা থোরক্লিবসে।

হায়দুনা মতপ অমা উমশিল্লে। অতেদুনা ফুরিংখাওদা হাপচিল্লে। খোঙলৈ থুনা হান্না চৎখ্রবী অনীদু তান্নরক্লে। ইনে থম্বালনা মশিংখা ফুদোক্তুনা মচা নুপানা ঙরাং অহিং 'য়ু' থকচিল্লগা লাউ-খোংদুনা ফমুং থুগায়বগী, রাশেশ্বরীনা মঙক-কনবী মমৌ-নুপীগা খৎনবগী মখোয়দৌ শিক্লা পাউদমবদু তানা তানা ঈলফম য়ৌরে। মহৈ-মহৈ ঈল শেমদুনা থানৈ। ইবেল্লেদি নহানি, ঈল চিংবা লাকপনি হায়দে, মোরেগী অঙৌবগা অমুবগা লাংবা চাদর অমা মঙুনবা হংগামপানগী ফনেক শেৎতুনা কেনা ঈল চিংলি। নহাদো জার্দাগী নিশা ফাওরক্তুনা মমায় তঙাং তঙাংলক্লে। অঙৌবা উরোক্লা পাৎতা চাক্তারি, উথুমনা তুম-তুম খোংবা তাবদা মপুক্লীং নৌথোকই। কুমশি ঈল চিংবা ফংগনি হায়বসি কনানসু থাজরুদ্রে।

নুংশানা লৌখোংদু লৈক্রক চৎলুরে। মকুম মথা য়ৌরক্লবা হায়বসে কনানা থিংবা ঙমগনি? নুমিৎ মরি মঙানিদং নোং লেপ্তুনা চুথবদগী নম্বুল পাথদুনা লম্ফেল পাৎ ঈশিংনা পুমলং লংখিবনি। কুমশি লৌ শিবিদবা হায়না লৌমীনা লাই নীংজবনি, মদুদি ওন্নয়ে, ঈল চিংনিংবীশিংগীদি মনীং থুংজরে। অনীমক্কী য়াইফনবা পোরম য়াৎপীরিবা কুমদম লাঁইদুসু ফনা ঘারমগনি। লম্বী মপান্দা পরেং শানা ঈল চিংলিবীশিংদুগী মরক্তগী ইবেম্লেগী মপাদা নুপা অমনা য়ামাহ খাল্লদুনা,

— ইতৈমা! ইতৈমা! অমুক্তা কাখৎপীরকউ, ঙা য়েংজগে।

— ফাদেদা ইবুংঙো, ঙাশাং খুয়ামুক্তংসিদনি।

— হো ঙাশাংদুনি ঐনা য়েংনীংলিবা।

— মীনা য়েংগে হায়রবদি কোক য়েংহল্লু, ঐখোয়দা য়েংগে হায়দে হায়না রাশেশ্বরীনা ঘা পাংশিল্লকই। ইবেম্লেনা ঙা উৎপগা নুপাদুনা লুপা তরামঙা পীরগা 'ইতেমা নচন নুপীদো ঙাশাং চানীংই শোলহৌই, চেরংসিদা হৈজিনবিরো' হায়দুনা পুদুনা চৎথোকখ্রে। ক্কা লোইথোকখিবা তাঞ্জা ওইবনা ইবেম্লে খুৎলৈ থুনা নুপাদুনা পীরম্বা শেলদুনা মনাক নকপা পান দুকান্দগী ক্কাগা অচাপোৎকা লৈরুরগা ইনে থম্বাল, রাশেশ্বরীদা য়েল্লরে। মানা ক্কা চখোম চাওনা উমদুনা অনৌবা আশাগা লোয়ননা ঈল থারি। লাইবক্তা থিরিবসু ঙাইহাক্কী মনুংদা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্কুনা, ঈল শোনবদা মায়দা থোক থোক উপশিল্লে। থম্বালনা,

— ইবেম্লে! ঈল থুপচিল্লো, নচা নাহৌই হায়বদাই, কারসি ফিভমসিদবু ঈল চিংবা কনাগী দগুনো?

— ইনে নুংশিৎ মরাইনা নেমথজরক্কনি, ঙাইহাক য়েংখিসিবা।

— হো নঙগী ঈলদো ঙাদি লক্করোই, পাখং অঙাওবা থুদৌ মঙাইরে, নঙ নথন্তা চিংহৌখিগে হায়ব্রা?

মপুক্লীংদা খল্লকই,

— ঙা খরদু য়োঞ্জরমদ্রবসু ফগদবা, ঐ ইথন্তবু করম্না লৈহৌনি।

মাসু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা ময়ূম য়ৌরক্লে। হেক থুংলবগা মপুরোইবা শরতনা তুঙ্গোল থাংগৎতুনা য়েংবদা মনুংদা ঙাশাং তরা কুম্না মনীং তম্না চোংলিবদু উবদা, ঈ কারদুনা ইবেম্নেগী মমায়দা খুবাক্লা পোপ থারগা 'ঙশাইনা নামৎ মাঙনবনি, চংখিনু হায়দ্রা, নঙ হয়েংমখৈ ঈল চিংবা য়ারোই' হায়দুনা হংগেন থুদেকপ্রে। মরালনা মপোৎ ফারবীদুনা মমিং মনা তুকথরদুনা পোল্লি পোল্লি ইমুংদা চঙখ্রে।

---( )---

# লৈপুঙসিদা লোইনা চঙখ্রেদনা

— চহী মতাং অসিদা পাম্রা ওইবা পেন্দে। ইবুংঙো নচাগী ঙাক্তা খনগনু, মৌ অমতংদি য়েংখোদনা?

— ঐগী শেম্থোক মতাসিদবু...

— অবাংগী তোলেন মাইবদো ঙরাং মৌ নহা অমা পুদুনা লাক্লে হায়বা তায়, মাদি মরিফুতরা তানখৎলম্লগনি। ইবুংঙোদি মাগী চহী তখ্যায় ফাওবা য়ৌরমখিরোই। খুরা হায়গদ্রা ইপন কৌগদ্রা মহাক্তা ঐগা চাংদম্নবিগনু, ঐদি পংকিদা কিজে।

— কৈগী মপান নাপীনা তাং, নাপীগী মপান কৈনা তাং, নুপীগী মপান য়াওদনা করম্না য়ুম লিংগনি, ইবুংঙো?

— খনবুদি খল্লিবনি অদুবু তেকখ্রবা নুঙ অমুক শমজিনবগুম থোক্লোইদ্রনে ইন্দোন।

— নুপা থোকউ ইবুংঙো, মীনা ঙাঙনগনি খন্দুনা শাংলবা পুক্নিদু লেনবদি তুংদা নীংঙম্লক্লোইদা।

ৱা মখা তরমদনা মোদোন ইবেমচগী মনাক্তগী চৎখ্রে। মোদোন পুল্সি ঈপাক লানমীন্নগে হায়বগী মতাগুম নৌ পায়দুনা হী হোল্লকপা মীশক্রি, অদুবু নীংবনা অমা তৌরকপনা অমা। খাংভুখক্তা নৌ অদুদি তেকথোকখ্রে। চংদোন মান্নরবা পুল্সি ঈপাক অসি লান্দবদি য়াদ্রি। ঈথক ইপোম্না কল্লিবা, নীংহন্নবদি নত্তে, পূক্নীংদা থুকৎপদি ফাওই। মদোম কনাদা পূক্নীংগী অৱা-অনাসিবু লীরুরগা খরা খিৎ ময়েং অগদগে হায়ফম খঙদে। মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রিবা মতু মমান কংদ্রিবা চেক্লা মচাশিংদুবু মমা শক্লা নাওকোল্লিবা তাঞ্জানি।

লাইরিক হৈদুনসু সরকারগী থবক অমা ফংবা হায়বদু মাগী মফমদদি লায়রবা সঙ্গ লৈতবনা থাপ্লা লৈখ্রে। হিংনবগী লম্বী থিরকপদা মহাক্কা খুঙ্গংগা থাদোক্লবা ইয়া য়ান্নদে। লৌরোক পাম্বা য়ৌরকপদা শেল খরা তুংশিঞ্জদুনা ফৌ খরা খরা ৱানশিঞ্জে। মতম য়ৌরক্লবদা মাগা তিন্নজবা খুঙ্গংদা লৈবা ময়াম্বা অহঞ্জাওগী মনাক্তা লাক্লে। খুলদুগী চৎনবীদুসু নিয়ম অমনি। কনাগী লৌ শানবা, লৌ শাৎপা, ফৌ ৱানবা, তাইবা, ষণ ৱাইনবগী বীচার ফাওবা অহঞ্জাও য়াওদবা লৈতে। অসিগুম্বা গুণ চেনবসিনা মোদোন 'তাদা ফৌ খজিক্তা ৱাঞ্জগে মতেং খজিক্তা পাংবিয়ু' হায়জররে অহঞ্জাওগী মফমদা।

— মতম য়ৌরক্লবনিনা ইচিন ইনাও ঙসি উন্নরেদনা, করিগী ৱানমিন্নদনি ইনাওগীবু, খরা থিম্মরবদি ফৌ শংবাইদা আ: য়ৌব্রগদবনি।

অসি হায়না ৱাপাংবীরকই ময়াম্বদুসু।

— অদুবু কদায়দা অহোং অচাও লৈবগে হায়বদু ইয়াম্বগী তুং ইন্দুনা চা থকপা ওইনা লেঙথোক্লুসি হায়ববু য়াম্না চিল্লগদ্রা?

মাগী ৱাদু তাবদা শকফম হঞ্জিন্দুনা অহঞ্জাওদু ময়া ইখি খিগৎলদুনা হায়রকই,

— য়েংউ নতৈমসে, থা ফাদ্রি লৌরুবা, মতোমতা য়ূমদা লৈবা কিজে হায়দুনা মাবু শঙবদা থবক অমা ওইরবনি।

মোদোন পুমণক ঙক্লদুনা,

— হৈম়া ! ঐদি ইচানুপী ওইরবোই খল্লুরে।

— অসুম তৌবনে, নতৈম়া অহলনা থনম্বা ননাওশিংদুগা ঐগা মোৎ চান্নদ্রে, 'বদমাস' মখোয়তগা তিন্নদ্রগা লোইরে হায়দুনা ইংখোল অসি তল্লে লৈরগা নতৈমসিগা মফমসিদা য়ূম লিংলবনি।

মোদোন ভাব তারে, ময়াম্বসি মহৌশাগা মান্নদ্রে, লিনবোপ্না ঙা লৈবা কোম থাদোক্তুনা চৎনীংদবগুম মৌনহাদু থাদোক্তুনা য়ূমদুদগী মিৎকুপ অমা ফাওবা চৎনীংদ্রে হায়বসি খঙলে, অদুনা হায়রকই,

— ইয়াম্বনা খরা শোইদনবা শিনবিরম্মু, ননাও হঞ্জরগে।

লম্বীদা মোদোন্না খল্লি—

'মতমসি শেল পায়রবদি ওইথোক্তবা হায়বদু অমত্তা লৈত্রেদনা, তাদা অহঞ্জাওসে মন্ত্রি ওফিসারসু নত্তে, চুম্নতগী খুনগী মচিন তোংবা, মৱা চৎপা মীশক অমা ওইবতনি। মহাক্লসু মাগী চহী মতাংসিদা নহা লৌরবা।'

য়ূমগী থবক চিনখিবনা খুঙ্গংদুদা চৎতুনা অমুক হন্না ফৌ চেঙগী ৱা-লাং হংলুগদবদু মতম ফনা শাংনা য়েথোকপ্রে। মখূত্তা পায়জরিবা শেল খরদু লোইথোকখিদ্রা হায়বগী নুংশা থিদুনা সাইকল অমা তোংলদুনা অহঞ্জাওগী মনাক্তা অমুক লাক্লে। তহা তহা কোম্থোং চঙলকপদা, অহল অহুম মরি মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবা উরে। মাবু উবমক্তদা ময়াম্বনা লৌরম্বা 'ইতৈমা' হায়না কৌবদা হঙ্গোইরবা মৌনহাদুনা মাবু শুমাঙ মচি অমদা মোড়া অমা পুথোরক্লগা ফমহল্লি। অদুগা তপ্না হায়রকই—

— নখোয়গী তাদদু লৈখিদ্রে।

মোদোন পুমণক ঙকই অদুনা হায়রকই,

— করিনোনে তাদা লংফৈ চৎখি হায়ব্রনে?

— নত্তে, মশা লৈখিদ্রে, হংচিৎ অষ্ঠি থোক্লে। অরুম-লাইহৌ তৌরম্বদগী অদুম হৌগৎপা ঙমখিদ্রে।

— ওয়োকপনিদা, হংচিং অমুক লাক্লগে।

ঝাহৈসি হায়রম্লগা মোদোন অদুম থোরক্লে। ঙসাইমখৈদি য়েংবু য়েংলুদে। লম্বীগী চিদায়দা পোৎলোইবা লোইখিবগী লৈপাক মপৈনা হকচাং মওং মান্না লৈরিবদুগী মথক্তা ধূপ থাউমৈ, হৈরুক থারিবদু উবদা মপি তারকই—

— লোইরেদনা তাদা অহঙ্গাওগী শুঙ্কৎপা নুংঙাইবা পূম্নমক লৈপুঙসিদা লোইনা চঙখ্রেদনা।

---(   )---

## ভোটকী ময়াইসে কয়া কনখ্রবা

'নথায় মাঙনীংদ্রবদি ট্রেক্তরদু থৌজিল্লক্কনু' হায়দুনা মখূত্তা থাংজৌ পায়দুনা মুক্তুনা লৈরি, রাবৈদু মাগী লৌফমদা। 'কৈদৌগে খুনশা অমত্তদা লৈমিন্নবা নয়াম্বনিকো ঐসে', খুমই মণিনা। 'অদু অদা খঙদে, লানশিল্লকপা য়ারোই হায়রিসিনি' হায়দুনা মমিত্তা ঈ কারদুনা খোঙফম অমত্তা হন্দোক্তে রাবৈ। তৌনরিবা মতৌদু উবদা কমদৌসিগে শিনবা তারে হায়দুনা বাবুয়াইমনা খ্রাতেল্লকই—

— হায় মণি নখোয়না ঙাঙনরিবা খোনদো ইয়াম্বা তাবা খ্রাই, ঐগী লৌরাকসে ঙরাং নুপী তরাতরুক্তা লিংবনি। অদু-অদা খঙদে, ইনাওগী লৌ-শিংপা য়াব্রা, লৌরী মপান অসিদা শমদুনা কবোতাদু নঙগী লৌবুক য়ৌনবা পুশিল্লু। ইঞ্জিন মরমদু অমুক মেল্লগা লোইরেদনা ইনাওসিদি।

— লৈবাক মচা তাদবা খরনা লম্বী থিংদুনা দাবী তানবদগী ঐখোয় হিংবদা ফেরে ফেরে হাইরিবসিনি, লম্বী থিংদুনা ডিমান্দ তৌবা হায়বসি লৈবাকসিগী চৎনবীনি, মস্‌গী হৈনবীসি থাদোক্তুনা করম্বা কান্দা ঈংনা পানগদগে খল্লিবনি নয়াম্বদি।

— রাবৈসে ওম্বোক্লা কম্থি ফৎখিদ্রে, মাগী মরৌ লিংদ্রি, য়াইনা হায়দুনা থৌজিল্লকপনি। কবোতাগী মীক্লমবু কয়া পাকপনো মেনশিল্লগা লোইরে। য়ারোই ইবুংঙো অঙম তান্নদুনা, অনী থোক্তুনা খৎনবদগী সরকারগী লোয়শঙ পূন্নমক উৎ ওল্লিবসিনি, ভাব তাগদবা ব্রাৎলি, ঐখোয়গী মীচৎ হোংদ্রিমখৈ চাওখৎখিরোই।

— ননাওনা হায়বদি মাসু লৌমীনি, ঐসু লৌমীনি কুমসি লৌ পালহৌদ্রবদি ওল্লকপা চহীদা করি চাগনি। কুম্না কুম ফত্তবনে, মরক্তা নোং মরিক অমত্তা খিক্তবনা,কালেন খোইনবগী খুদোংচাবসু ফংদ্রেদো। মহাজন লৌপুগীদি অদু অদা খঙদে, লৌশাল শোইরবদি লৌশৎকে হায়রক্কনি। চুমই, ঐখোয়গী লাইবক্তি কাল্লে ফুবা, কান্দ্রে ফুবা হায়বদুনি। মাদি লৌ লোইবগা ঈরোই লাবা অমা শীজিন্নদুনা মরৌদা খোয়দুনতা লৈ। ননাওগী লাইবক্লা নচন লৈখিদবগী শোরাৎকা, ফিরোইগা মায়োক্লে। মানা থনম্বা মচাশিংদু পীজবদবসু য়াদে, ঙরাংদা লংফৈদগী থুংলবনি। কবোতাগী মতেং নৎত্রবদি লৌশিৎপা তারে হায়দুনা খোমদ্রামদা হায়জদুনা থৌজিল্লকপনি।

— ইবো ঐ খঙই, নঙগী অব্বাবা ইনাওসিদি শাউনু, মাসু তপ্না ভাব অদুম তাজরক্কনি। নঙবু নোংমতা রাবৈনা খুনগী থবক থৌরমদা শরুক য়াবা থেংনখ্রবগে? খুদৈ অমগা লৌখাং ফুরিৎ অমগা লৌবুক্তা পংলৈ মরৈবনি।

— ঐনা ঙক্লিবদি তাদা অচৌনা করিগী অসিগুম্বা ঙাঙন-শক্লবা য়াদবা মীরোল লোন্দবা মীশক অসিগী মফমদা মচানুপী লৈরিকপু থাজদুনা য়াওং ইলহন্দুনা য়োক্লিবনো?

— হাই, ময়া অসিগী মপান্দগীনিনে তাদনা ঈশে তৌরিবনি হায়দুনা কোইচৎ চৎলিবসি। খুঙ্গংদা লৈবা মীশক্লা কলাকার অমা ওইনা

চোংথোকপা ঙমদ্রিবসি, লৈত-লায়রগী খন্দুনা লৌবুক্তা লৈবদগী ঙমদবনি। ঐখোয়সু থবায় পাল্লিবনি, লোইনা খঙবা জাৎনি। মীনদি শুগনবা লাইরবা, চাগনবা য়াঙ্গংবা হায়দুনা পাউথোকপীরবা। অদুগী হায়রুরবদি ইম্ফালদা থাজখিবা তাদা কিরানীগী মচানুপীগী চাক্টৌবদা ঐনা চাবসি চাকহাপ অহুম মরিরক্লি, কদায়দগীনো ইম্ফালদগী নুপা ময়ূমগী নুপা অমগা হেক থংনরুরে, মাগীদি অহানবগী, ফাওবা মচি লেঙদে।

— করিগী ইকাইগনি, মখোয়নবু হুমাং থোকপা থবক করি তৌই। থবক খুদিংমক নেকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়না লৌবুক্তা থবী থাদ্রগবু, কালেনসিদা থবী চমফুৎ চাবা মখোয়বু ফংগদ্রা?

— রাবৈসে ঐখোয় খুনগী নুপী লৌদুনা য়াওং ইল্লিবনি। ময়েকীদি হান্না লৈরম্বা, ঐখোয়বু ব্যবহার তৌফম থোকপনি। অকন-অথৌ শাদুনা হাৎকনি, তুপকনি, ঙাঙ-শক্লিসিবু মাবু মরিল কয়া লৈবা মীশক্লো?

— হাই, য়ূমদাংবনা কৈনাবা হায়বা ইপা ইপুগী পাউরৌদুনি, তুংকোইবা য়ারোই, ইনাও। মসিগুম্বা মীশকশিংসিগা মান্নরুবদগীনি নোংমতা কাংদনা ফুন-চৈনদুনা, মকোক মরু লূকায়নদুনা ডাক্তরখানাদা পুখৎনরক্লিবসি। জ্ঞান য়াওদবা মীগা কৈদৌঙেদা মান্নরোইদবনি।

অসুম্না রাবৈগা য়েৎনদুনসু, মণিদো কবোতাগী মতেংনা চিরবা মতমদুদা মরৌদি শিৎহৌদে। মসিনা হাকুমগী ৱানি। কুমসিদি খুঙ্গংসি, লাঙবনা খোইরেল মশা পাইরে। খুল্লং কুম্বী ইমা ইচেম ইচনশিংদুসু শালুঙাংবা, অশংবা ফনেক শেৎতুনা, মনঙ্গন্দা মোরেগী ইনফি ইন্দুনা সঙ্গু সঙ্গু চৎতুনা মাগী মাগী মীরেপ কানবা ভোটকী ভীক্ষা নীবা চৎনরি। নুপা মখৈসু মখূৎতা লাঙ্গোল পায়নি কাউনরে। লম্বেল ময়াদা পূল্লপ পূল্লপ ফমদুনা পার্টি তৌদুনা, 'নুংশিবিদবা য়াদে, শোইবিবা য়াদেকো', হায়দুনা

পংখুদা খুরুম্নে। পার্টি লোইদুনা বীদায় পীনরকপা মতমদদি খোঙফম নীংথিনা লেপ্পা ঙম্নদে, তুরোই ঙাম্লোই চৎনখিবনা অয়াম্বনি। করিবু কান্নদৌরিনো, কুমসিগী গ্রামগী ভোট অসিদি মহৌশাদগী ইরাং কনবা পুমহেন হেল্লি। ভোট লোইরবা মতমদদি গ্রামদা শক্তি শিন্নদ্রে, এম: এল: এ:না লোইনা পায়গ্রে, শক্তি শিন্নৌ হায়দুনা প্রধান্না লুচিংদুনা মেম্বর খরা সত্যগ্রহ তৌরি হায়দুনা খবরদা ফোঙলকই। লৈবাকসিগী গনতন্ত্রবু হকচিন্না লৌরুবা ঐখোয়সে অপঙবা হেক্তা তায়। করিসু কান্নদবদা, খুঙ্গংদা পোকপা মহাক্না লৌদা মায় ওনশিনগেদি হায়দদুনা মচানুপী প্রধান লেপহল্লি হায়দুনা, মোইরাংজাও মাগী লৌবুক অদু লারু তেংপাক অমত্তা লাঙ্গোলনা হাইদোকপা উদ্রি। নাপীনা ইশং শংনা হৌরি। লৌথংনবগীদি অমুক অনীরক পেংবা লোইদুনা লোইমোম ফৌ পাম্বীদো পুংকক চাওদুনা য়েংবা নুংঙাইরে। কনাগুম্বগী লৌরক্তা উথুম কৌবী চেক্লানা 'তুম তুম' খোংবগী খোঞ্জেল তানরে। কারবদি ফৈ, কাদ্রবদি ওল্লকপদদি মোইরাংজাও মকোক্তা মখূৎ হাপ্পা শোইরোই হায়দুনা অউবনা মাগীদমক ৰাবিরে। ভোট লেপ্পা কেণ্ডিডেটনা মীগী লাই-তীনগী থবক থৌরমদা চিংখদনা লাকপীবা, নুংশিবিদুনা তৌবা নত্তে, ভোট ফংনবা চিরোল তৌরবনি। নুংশিবগী সেবাগী ওইরবদি মখোয়না সাসন পায়বসিদা লৈবাক অসি পুমলং লংলনি, চাওখৎপনা উতোল লোম্লনি। অদুগা করিগী অসুক লৈখা তারিবা? কান্নদবদা কেণ্ডিডেটকী ময়ূমদা চাকলেম চানীংদবা, য়ুরেম থক্লীংদবা মীসু লৈতবদি নত্তে।

ঙসিফাওবা মণিগা ময়াম্বা বাবুয়াইমগদি কনাগুম্বা গ্রামগী কেণ্ডিডেট অমগী ময়ূমদা চৎতুনা খক ফম্লুদে। অদুগী শরুক মরৌদা কৃপশিল্লিবা অশোংবা নাপীদু ককথৎলুগে হায়দুনা মখূত্তা থাংজৌ পায়দুনা থোরকপদা লম্বেলদা কোক থেংনরে।

— ফরেদা ইতোমতা ঙাইরে, হায়দুনা খল্লুবনি খোঙবু ওইমিন্নসি 'ঙাইখো' বিড়ি মচৈ অসিমতা থকখিসি

হায়দুনা ফমথবতা মঙাইরি অনীদু। তাঙ্গা অদুদা কদোমদগীনো খঙহৌদে, রাবৈদো চেন্নক্কুনা—

— তাদা অনীমক ননাও ভক্তি কৎচরি',

হায়দুনা শাংনা হেক খুরুমই। গুরুদুনা মণিনা—

— হৌনদে হৌগৎলু, করিগীনো নঙনা ঐখোয়দা ব্যবহার তৌরিদি?

— নচন লৈরিক মেম্বর লেপচরি হায়বসি তাবিদ্রা, তাদা অনীদি নোংমতা ননাওগীদা চা-নুং থকপসু লাকপীদে। হন্দক্কী মতাংসিদদি ব্রারৌ পুক্লৌনবকা য়াদে। নচনগী এরোপ্লেন মার্কাদা ভোটকী শীল নম্বীদবা য়াদেকো।

— ভোট লেপ্পীগী মপুরোইবদি ব্রাঙাঙ শাঙাঙ লুগদবনি, নৎত্রবদি কারোইনে।

— লমসিবু কোল্লিবা লাইনা শাক্ষী, হন্দক নচন্না ভোট কারবদি, ননাওগী ঈরোই পুথোক্কুনা তাদা অনীগী ফৌমায় উকায় তকচনি। শেলকা অমত্তা লৌরোই।

— লাই শাক্ষীকা তৌরেনা।

— অদুনি গনতন্ত্রগী নিয়ম হায়বদু অমগী মতেং অমনা পাংনদুনা হিংমিন্নবনি। গ্রামগী ভোটপু করি কান্নবনো, খুবী চুনবনি ঐখোয় অনীদি শরুক য়াররোই খল্লুরবনি। ইচল লৈরিকনা ভোট লেপ্লবদবু করিগী ভোট পীদনি নপূক্লীংদা করিমত্তা চিংনগনু ভোট পীগনি। মতম লৈরিঙৈদা খুঙ্গং থুংনা চেন্দুনা ভোটকী ভীক্ষা নীজহৌরুরো।

--( )--

শেৱেপ মাঙলবী

# চাওতোনগী ঙারৌ

চাওতোন অয়ুকী চাকলেন চাবা হৌগংলে। চাক থেঙনা চাবা হায়বসি মাগী হৈনবী ওইবনা মথন্তা মাঙ্গোলদা চাক চারি। লম্বেল ফাওরকপী তমুনা পরপ-পরপ চঙলক্লগা—

— খুরা! করি য়েঙ্গাংনো?

— ইবেম্মা, হঙ্গাম থোংবা ওইরমাল্লে।

— ইস! খুরাগী ঙারৌ 'ৱৌ' অয়াইবসিদি হাওদৌমাল্লেদা, মচেৎ অমত্তা খায়বীরকউ, মহাও য়েংজরগে।

— হোয়, অদুনিদনা চিংনরগনু, সে মচেৎসিমা পুজগ্রো।

ঙা মচেৎ অমা ফংজবদা হরাওদুনা চৎখিবদু চাওতোন্না য়েংদুনা লৈহৌই। অঙাং ওইনা মচানা য়াম্লিবা, মপুরোইবনি হায়দুনা তৌরিসিনা, নোংমগী 'য়ু' গ্লাস অমতং হেক চিংহৌদনা থক তোক্তে, বাজরেদা নহাসি হায়না বাখল তৌহৌই। মহাক্না হেক চৎখিবগা অবুংগা থবাগা মচিন মৌপ্পা অনীদু অমুক চঙলক্লুনা—

— পু-পু চাক চারিব্রা?

— চারিনে, নখোয় অনীবু চাদ্রিবরনে?

— ঙসাইনা চারে, অদো পু-পু নঙগী ঙা য়াম্না চাউনা নেনেনা হাপ্লীনা।

— নখোয় অনীবু ঙা চাদ্রবরনে?

— চারে, অদো নঙগী ঙা চাওই হায়বনি।

— লাকও-লাকও মচেৎ অমমম লৌজরোসে।

হায়বা লোইদ্রি, মখোয় অনীদু মখূৎ তিংথোরক্রে। মতোং খল্লগা মচেৎ অমমম মখূত্তা পীবিরে।

ময়াদা হুকচিন্দুনা মফিদা মখূৎ তৈথোক্লগা শান্নবা চেনথোকখ্রে। মপা লৈখিদ্রবা মশূ অনীদুনা ময়াদা খরদং তাখিবদু উবদা মপূক্লীংদা অপেনবগা লোয়ননা য়েংদুনা লৈহৌই। হৌজিক্কী মতমসিদা নহানা কোনগনি, অহন্না হানগনি হায়বসি কনানা হায়বা ঙমগনি? লমচৎ কান্নবা, চিঞ্জাক নত্তবা চারবা নহাশিংগী পুন্সিদি মরা করুবা উপালগুম্বনি। তুনীংবা মতমদা হেক্তা তুবা য়াই। মসিগুম্বগী পোৎলুম অমা চাওতোন চহী হুম্ফু হেল্লবদা পুরি। মচা য়োকপা ফাওবা কদায়নো হায়রবদা, মশূ অপীকপশিং য়োকপগী দষা অমা মথক্তা ননবীরি। অহাওবদা চাজনীংবা, নুংঙাইবদা পামজবী হৱাইমাননা মমিৎ-মনা উইথদুনা মাগী শরুক থুংলকপা ঙাইরি হায়বসি মহাক কাউথোক্লুরে। ইহে নঙদি মীরোল থোক্তে হায়দুনা মীরাইরুরেদনা ঐদি, সে সে হায়দুনা মাগীসু মচেৎ শেৎতুনা থাবীরে। অকোনবদদি চাওতোনগী ঙারৌদু মকোক খক্তা ঙাইহৌরে। অহলনি হায়দে, মহাক্না চিল্লিবা থবক অঙকপনি, নোংঙানবগা থবক্কী চক্রদা উংই। মচা নুপাশিংদু, অয়ুক য়াহৌরকপগা মহৈ মহৈ হেক্তা মাঙনখি। লৈহৌরিবী ইবেম্মশিংদুসু কান্নবা থবক্তি তৌদে, ফমজা ঙাক্তনি। ঈশ্বরনা নোংমদা অনীরক হুক্রুবা তম্বীরম্মী। মসি পীজনবা হোৎনবদা চাওতোন মীরক তিনবা ঙমদে, হৱাও কুম্মে য়াওদে, দেব কর্ম্ম চৎতে, শূদবা ময়ামদুগী মেনখৎতুনা হনুথংদা শূরি।

চহী মতাং অসিদা মপানা শূরিবা নোম্লিবা অসিদা মচি ওইবা খরদং পীজদ্রবদি পুন্সি তোম্লোইদৌ মান্দ্রদুনা মচানুপী মাধুরীনা ঙারৌদু ঙসি হাপ্লীবনি। অদুবু মতোং অমত্তা ময়াদদি তাহৌদ্রে। চাওতোন পীওন ওইরম্বনি। পেন্সিন চৎলে। ঙসি মাগী ঙারৌ মচেৎ মচেৎ খায়দোকখিবা থৌদোক অসিগা অদুঙৈ মানা জি.পি.এফ. লুপা লিশিং ১৫দং লৌথোক্লবা বিল পাস তৌনবা হোৎনবদা, মথং মথং কেরানী ময়ামদুনা থবক পলহনখিবা, ঙাঙনখিবা খোল ‘ইস! মসিদি পৈশাগী বিলনিনা’ হায়দুনা কা লৈরম্মু, চা লৈরম্মু হায়দুনা অসুম অসুম খায়দোকখিবনা মমৈথংদা মাগী লুপা লিশিং ১৫ অদু শুদনা ময়ূমদা য়ৌরকখিবা অদুগা মান্নরদুনা কনামত্তদা শাউরুবা য়াবা নত্তে, মীওইবনা ফৌ শংবাই অমবুদি কল্লক্তে, ঙা তুঙ্গোল অমবুদি মীহৌহি, হায়নবা ইপা ইপুগী পাউরৌ অদু চুমইদা হায়দুনা মপূক্লীং ফাজিন্দুনা ইশি শিনা নোক্তুনা মখূৎ হামদোক্লে।

---(   )---

# মরু অমনা অনী পাল্লিদা

মেমচানা কোইচেন চেন্দুনা মথৌমক ওইনা, লৈরক খুদিং চৎতুনা 'হো ইন্দুমুখী, ইন্দোল কবোক্লে, ইচে সুবদনী, ইনে থরো, নখোয়বু থোরক্লো কৈদৌবগে থেংখ্রেনে' হায়দুনা কোয়কৌ কৌথোক্লি। ইন্দুমুখীদি অয়ুক অঙনবদুদা লৌ লিংবা ঙাইহাক চৎলুদুনা মমা অশোনবীদুগী চাক খিত্তং থৌরাং তৌরিবদু লোইফাৎত্রি। মতম্মা লৌ পাম্থা ওইবনা খুল্লং নুপীশিংসি শংনদে। খুল্লং নুপীশিংগী শেল তানফম হায়ববু লৌ লিংমল, অপেংমল খরা ফংবা অসিনা ওইরিবনি। ইন্দুমুখী লৈশাবীনি হায়দে মশাদা অকে অমৌ থোইনা চঙদে, মখূৎতু ঈশিংদা ফৌ পাম্বী থাবদা পৎ পুন্নগদ্রা হায়না ময়াম্মা খন্নরবনি। মহাক নত্তনা অশোনবী মমাদুগী কনা লৈ, মাগীসু মমাদু নত্তনা কনাসু লৈতে। য়ারিঙৈদা তালহৌগে হায়দুনা অয়ুক নুংথিল পাদুনা লৌ কূন্নিবনি। নোংমতা পোত্থাবা শংদে। ঙসিদি লৈবাক্কী মফম মফম খুদিংদা নুপা নুপীশিং থোরক্তুনা মণিপুরদগী আর্মদ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাৱর্স এক্ট ১৯৫৮ পুন্নৌ লৌথোকউ, জামখোলেট

খোংশাই, মনোরামা মীহাৎ য়ানিংদে হায়দুনা রেল্লী চৎতুনা গভর্নমেন্টকী মথক্তা অকনবা প্রতিবাদ তৌবা মতমনি। য়ুম অমদগী নুপা অমা নৎত্রগা নুপী অমদি তঙাইফদনা থোক্তুনা খুনগী রেল্লীদুদা য়াওদবা য়াদ্রি।

মমা মালিকানা পাখৎখিদুনা 'ইবেম্মা নঙদি ময়াম হৌবা লাকসনু, ঐগী সেবা তৌবিনবা লৈতে থম্বিহৌ হায়গেদা।' ইন্দুনা ইমা অদু য়ারোইনে, ক্লবকী সেক্রেটরী তা ইবোয়াইমানা কন্না হায়রকখ্রপোৎনি। হন্দক্কী লৈবাক্কী ওইবা খোঙজংগী রেল্লী অসিদবু শরুক য়ারুদ্রবা ঐ মতুংদা মায় উৎতুনা ঐখোয়গী ব্বা অমত্তা তাদদা হায়বা ঙমজরোই। চুমইনে অদুসু সার্কল এম:এল:এ:না খুনসিগী লায়রবা ইমুংদা জিভ্য খরা পীগনি, কনাদা পীবা য়াবগে হংলকপদা নঙগী তাদদুনা ইমা ইচাগী য়ুম নোং য়ুবসি উবিদুনা ঐখোয়গী শরুক থুংনবা হায়বীবদগী, ঙসি ইবানি নোং য়ুদনা লৈবনি। মাগী লমনবু করম্বা মতমদা শিংবা লোইবা ঙমগনি। অমরোমদা ঙসিগী খোঙচৎসি পুলিসকা খুঞ্জাশিংগা ইন্না কাওনদৌরিনিদো, তম্বা ঙম্বা নত্তে, নঙ শোক্লবদি ইমাদি মাঙজরেদো।' 'ইমা ঐনা হেন্না তঞে, ঐ ইথন্তা করম্বা মতমদা খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদা পোৎ লৈবা চৎখ্রবগে?'

খুন হৌদুনা চৎকদবনি, চৎত্রবদি পাংদে হায়খিনি শরুক য়ারুগে হায়বনি। অসুম্না হায়নরিঙৈসিদা মেমচা ফাওজিল্লক্তুনা—

— হে, নঙ হৌজিক ফাওবা কৈদৌরি, খুনগী লাইবুংদা, মী লোইনা পুলহৌরে। নফি নরোল শেৎলো থেংখ্রে।

— ইচে ইমা চাক পীজরমখিগে, ঐবুদি চাদ্রবসু য়ারে, ঙশাই লৌপুনা তলগা চাগা পীথকই, হেক্তা থোকচরক্লগে।

ইন্দুনা হাথু-হাথু মমা অশোনবীদু খুদেংদা ফমহন্দুনা ঈশিং হৈথদুনা খোংদ্রুম মাইরেল চাম্বগুম চামদুনা ঈরুজবীরগা, চাক চখোম অমা অনীদং ইনবিদুনা পীজরগা ফমুংদা থাংগৎতুনা হিপহল্লে। ইন্দুমুখীদু উরৈরোম মচুগী ফনেক অমা শেৎ, ইনফি অত্তৌবা অমা ইন, মরাইবক্তা

চন্দন মচেৎ অমা নমদুনা তবী তবী থোরক্তুনা 'চৎলুসিগে ইমা', হায়দুনা খুরুম্মই। মচা নুপীদুদা মূন্না য়েংজরগা মখোল নীক্লা, 'ইমাগী থৌজালদগী নতু নাম্মা তেক্লকনু', হায়দুনা মকোক্তা নানবিদুনা পিরাংগা লোয়ননা বর পীবিরে। মপি তৈথোক্তুনা মালিকানা

— ঐনা মিৎ উইশিন্দ্রিঙেসিদা, মসিদং ময়ূম পান্দুনা ইয়া নুপা অমগী মফমদা য়াঙ্গোইহৌরবদি ঐ শিরবসু য়ারে, খুয়া তুশিৎপ্রনিদকো, করম্বা মতমদা অসিগুম্বা য়াইফবা নুমিৎ অদুবু থোক্কদগেনে, *হে, দয়াময়,*

হায়দুনা মপূক্লীংদা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌরকই। থিন্দনা খুনদুগী ক্লবকী সেক্রেটরী ইবোয়াইমনা লূচিংলদুনা পাখংশিংনা লমজিংদুনা, নুপা নুপীগী খূৎপু অদু মখূৎতা বেনর অমমম পায়রদুনা মচিন্দা '*আর্মর্দ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাবর্স এক্ট মণিপুরগী লৈমায়দগী পুমলৌ লৌথোকউ। জামখোলেট খোংশাই, মনোরমা মীহাৎ য়ানিংদে।'* অসিনচিংবা ৱাহে কয়া হায়দুনা লাউ-লাউদুনা নোংলৈ নুংশিৎকুম ইম্ফাল তম্না হাইগৎলক্লি। অমরোমদা হান্না পাউ ফংলবা পুলিস টীম অদুনা মীয়াম লাক্লিবা লম্বীদু চীংশাংনা থৎপগুম মখূত্তা, চৈ, নোংমৈ, পায়দুনা লম্বী থিংলি। রেল্লী চৎলিবী ইচন, ইচে, ইমাশিংদু পাঙ্গল শোনবী নুপী ওইদুনসু, লাই অমা চঙস্রে। পাম্থোইবীনা থৌনা পীবিরব্রা করিনো, মপূক্লীংদা অকি অখং লৈতনা মাঙদা ইচং থৌনা চঙশিল্লি। উপায় লৈত্রদুনা পুলিসনা লাউড স্পিকর শীজিন্নদুনা *'ময়াম পূন্নমক মফম অসিদগী হেঞ্জিল্লকনু, নয়ূম নয়ূমদা হনস্রো'*, হায়দুনা হন্না হন্না লাউরকই। নুপীশিংদুনা খুন্নকই, *'হে, পুলিসশা! ঐখোয়না তাল্লিবা দাবীসে ইরম্নাইগী নত্তে, নখোয়গীসু য়াওরিবনি। ময়াং সিফাইশিংনা নচন নচেমশিংবু নমাঙদা শরাক তম্বদা নখোয় করি তৌবা ওমই? কান্নদে লম্বী থাদোকউ, চীফ মিনিষ্টাগা উন্নগে।'* মীয়ামদু হল্লরোই খঙলদুনা ওফিসারনা কনষ্টেবলদা লাঠি চার্জ তৌনবা, রবর বুলেট কাপ্পবা, টিয়ার

গ্যাস কাপ্লুনা তানখায়নবা হুকুম তৌরকই। হুকুম ফংলবনি হায়দুনা পুলিস নহাশিংদুনা অদুঙৈ জালিয়ানবালা বাগকী থৌদোক্তা জেনরেল ডায়ারনা ভারতবাসীশিংগী মথক্তা মখোয়না পুরকপা নোংমৈ গুল্লী লোইনা কাপথোক্তুনা আন্দোলনকারিশিংবু তুম্না হাৎপগুম পুলিসনা রেল্লী লাক্লিবা মীয়ামদুদা ওনশিন্দুনা পংকাপ্তা কাপশিল্লে। পুলিসকী চৈথেং ফংলবা, টীয়ার গ্যাসনা মিৎ পাংবা ঙমদ্রবা, রবর বুলেটনা পাল্লবা রেল্লী লাকপশিংদু ফৌবোন তাবগুম লৈমায়দা পাকথদুনা তাই। *'লৈবাক অসিগী নীতি নিয়মসি কৈনোমা তৌগ্রে, য়েংহৈদ্রে দৃশ্যসে'*, হায়দুনা অউবনা শোন্নে। মফম অদু খোংজোম লান হায়বদু অসুম তৌরমগদ্রা হায়না অউবনা খন্নে। লৈমায়দি লাইরদনা কনাগী পুখ্রি খোংবানগী ঈশিং পুন্নমক মৈশুৎ নর্মই।

অবাবনি, অয়ুক্তা লৌ লিংবা চৎলুদুনা ময়াদা চাক চখোম অমত্তা হুকপা নংদনা লৈবাক্কীনি হায়দুনা হোবে হোবে রেল্লী য়াওরকপী ইন্দুমুখীদু রবর বুলেটনা নক্লা থোমদুনা লোংনা 'অয়ো ইমা!' হায়রল্লগা নাওরীনা পাল্লবা চেক্লা লমখুনুগী মতৌগুম হাইথরক্লে। ময়ামদুনা মাঙলে মাঙলে হায়দুনা খুৎলৈ থুনা এমবুলেন্স গাড়ীদা থাংগৎতুনা হোস্পিটাল য়ৌরকই। মবুক্তগী রবর বুলেট লৌথোক্লবা ওপরেসন ঠিয়েটরদা পুশিল্লি। ওপরেসন লোইদুনা নর্সনা ঈ কাপ্লুনা ফমুংদা থমই। ডাক্তরদুনা মকোক হাইরদুনা অশোকপীদুগী ফিভম লুই হায়। পাউসি তাবদা লোয়নরকপশিংদুনা, মমা মালিকাদা ইন্দু শোকপগী পাউ কনামত্তা তম্বা লাকপা য়াদেকো হায়দুনা চীন মেন্নে। লাইবক থিবনি, খুনদুদা মীরোল থুংদবা পাখং অমা লৈ। মমিংনা নোংয়াই কৌই। ময়াম রেল্লী লাকপদা মাসু য়াওরকই। পুলিসনা ময়াম তানখায়রবা মতুংদা, মাদি নৃঙ গাড়ীদা নপ্লুনা ময়ুমদা হনপ্রগা ফমুংদা মচানুপী ঙাইদুনা হিপ্লিবী মালিকাদা 'হো ইনে, হো ইনে, নখোয় ইন্দুমুখী রবর বুলেটনা পান্দুনা ডাক্তরদা পুখৎখ্রে।' পাউসি তাবদা 'হা কৈদৌরবা!' হায়দুনা মীপাই চাওবী মালিকাদু

বী:পী: ষ্ট্রোক তৌদুনা ফমুংদা স্তান মাঙদুনা তাই। ঙাইহাক্কী মতুংদা কনামত্তা খঙদ-উদনা পাঙ্গল শোনবীদু অরোইবা স্বর হোন্দোক্তুনা তাইবঙপান থাদোকখ্রে। য়াচংবা মতম ওইরক্লবদা ইবেমচানা ইনে, ইনে থাউমৈ চুখৎপীগে হায়দুনা ইমুংদা চঙলক্তুনা কৌববু খুমদে হায়দুনা য়েংলুবদা শিদুনা লৈরম্বদু থেংনবদা পাখৎতুনা কোইলাউ লাউদুনা লৈমিন্নবশিংদা পাউ পী। ওস্থোকপনি, হায়দনা খুনগী ঈশৈ তৌবা, পুঙ তৌবা, ব্রাহ্মণ গৌরদাস ঠাকুর লাক্তুনা লাইহিরিক মতেক অমা তৌরগা হৌনবী মতুংইন্না সংস্কার তৌথোক্লে।

হোস্পিটালদা লায়কন্নরিবী ইন্দুমুখীদু নোংয়াই মতুংদা স্তান খরা তারকপগুম তৌই। অদুবু, অবাবনি অশোকপা অদুনা মরম ওইদুনা অসুম অসুম শোন্থরক্তুনা নুমিৎ কুনমঙানি লায়কন্নরম্লগা শগোলশেন নুমিৎকী নোংঙালমদাইদা অরোইবা স্বর হোদোক্তুনা কনা লৈজদ্রবী নুজাদুসু মমাগী মতুং ইনজখ্রে। পাউসি তাবদা খুনগী অহল গৌরমণিনা *'ভাল্লো'* ঈশ্বর নঙগী থৌশিল ধন্যনি, লৌশিনবিবা তারবদি মমা মচা অনীমক লৌশিনবীখিবা ফখ্রেদা হায়দুনা খুঞ্জাশিংগী মমাঙদা পাম্বোম ৱাংনা থাংগৎতুনা জগোই শাই। খরনা য়ূম মূৎপা হায়বদু হেক থোকইদা হায়না শোন্নে। খরনা মখুরানা মমা মচাদা ওৎপদো, য়ূম্ফম মচেৎ অদু মানা ফংবদা কনাসু য়েৎলরোইদনা হায়রকই। খুঞ্জা খরনা মমিৎতা ঈ কারদুনা করিগী মঙোন্দা পীগনি। মমামচাগী ফূরা অনী শাদুনা ফোটো থমদুনা লাৎকনি, লৈকোল ওইনা শেমগৎকনি। মসিদা য়েৎলকপা মীদো খুন্দগী তাম্থোক্কনি হায়রকই। শিরবনিনা কমদৌনি,হায়দুনা বস অহুম মরি ৱাইদুনা খুন হুপ্পা বেন পার্টিগা লোয়ননা হোস্পিটালদগী ইন্দুমুখীগী হকচাং লোরুরে। কপ্পা লাউনদুনা কনা লৈজদ্রবীদু খুনগী পোল্লোইফমদা পুথোক্তুনা সংস্কার তৌরে। নুমিৎ ২৫নিগী মতুংদা মমা মালিকাগী মোংফম লৈপাক মপৈগী নাকন্দা মচানুপী ইন্দুমুখীসু লাক্তুনা হিপ্পরে। শোক ১৯৮০ সেপ্টেম্বর থাদগী মণিপুরদা চাকখৎলকখিবা আমর্দ

ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাৱার্স এক্ট ১৯৫৮ কৌবা মৈদুগী মৈরীক অমা পাইরক্তুনা মালিকা ইন্দুমুখী অনীগী মোংফম্নগী লৈপাক মথক্তা য়ুংলিবা মোমবতী অনীদুদা মৈ থাইররে।

মৈখ্ চেন্দ্রবা মৈশেং মৈরীদুনা নোংদোন তম্না পাইখৎলি। মৈঙালদুনা তাম্লবা খুঙ্গংদু পুমঙাল ঙালহন্দুনা য়েংবদা কয়াদি নীংথিজরে।

---( )---

# উথুম্না খোংবা তারগা নীশিংলকই

— ইমা, চাক লোইরব্রা?

— চারগে হায়ব্রা

— লোইরে, নপোং-নচৈ শুনা গাড়ীদা হাপ্লব্রা?

— শুরে।

— নোংজু মতমনি, ইবুংঙো, লবুক লম্মাদা চৎপদা ছাতিন য়াওদ্রবদি নোং চোৎতুনা নাগনি।

চাক তোক্তুনা জাতিশ্বর মাগী লৌবুক তম্না গাড়ী থৌরক্লে। খঙনবা য়ুমদু য়ৌরদুনা লৌবুক কুম্লগে হায়দুনা অফবা মফি হোংদোক্লগা শঙ্গোইগী ফৈরেন্দা য়াল্লম্বা লৌবুকী ফিজোলদু অমুক হোংদোক্লি। গাড়ী মচাদুসু ইনখৎতুনা থল্লে। শঙ্গোইদুগী নোংপোক থংবা কাদা তরুবী লমঙান্না ফিশাদুনা লৈ।

— ইবেম্মা ঐবু য়ুমদগী লৌরি হাইরুগে লাকপনি, থাংজৌ পায়দনা কুমদৌরে। স্না নঙ থবক কায়রগদ্রা, অমুক্তা ঐগী থাংদো লৌথোকউবা।

ফি শারম্বীদো ফুক হৌগত্তুনা হরাও হরাও চঙখ্রগা থাংদুনে ক্না মতম অমনে পীরে।

— ঈশিংদা থবক তৌবদা, ক্না উম্বসে ঈংবা খাঙবা নুংঙাইবনি।

— হোয়নে

হায়দুনা লৌরগা য়াদা হুকচিল্লগা পম্থদনা মাগী লৌবুক মায়কৈ পাংলকই। মপূক্লিংদদি খল্লি জাতিশ্বর, করিসু নত্তবদা নুপী মচাসিদা ঐনা ফনা য়াম্না য়েৎপীখ্রে। 'খুঙ্গংগী চনুরাসে ওম্থোক্লা চমখ্রেদা, নোংমতা অশাউবা শকফম উৎতে, অরাপ্পদগী লাকপনি হায়দুনা মখোয়গী ইংখোলদা মুনবা হৈরা পুথোক্তুনা ঐবু পীজৈ। ঐসু নোংফাদোক্তি করিনোমা পীজবা য়াবনি।' জাতিশ্বর হিংনবগী লানফমসিদা ইম্ফালদগী লাক্লগা মরৌ মচেৎ অমা উদুনা মফমসিদা উপায় থিররি। লৌউবা হায়বসি মীওইবগী অহানবা শিনফম্নি। মমান্নবা কয়াদি সরকারগী সার্ভিস তৌনখ্রে, কনামনা মোরে কারবারদা লাক্ষ-লাক্ষকী মপু ওইনখ্রে, কনামনা ভোট লেপ্পুনা মন্ত্রি ওইখ্রে। মখোয় পূম্নমক ক্লাস অমদা ফমদুনা তম্মিন্নরকপা ঙাক্তনি। মাদি চম্বা হায়গদ্রা, হৈথোই শিংথোই ব্বাৎপা হায়বদুরা লৌউবগী শিনফম ঙসিফাও থাদোকপা ইঙম ঙমদ্রি। জাতিশ্বর হুমাং তানা লৌরি হাইরি। খঙহৌদে অদুক নান্না ইয়োং শাহৌবীদো চাক ঈশিং তোক্তুনা মখূত্তা রেডিও অমা পায়দুনা মাগী লৌবুক ফাওদুনা ফেৎ-ফেৎ উথুম্না লৌরক্তা পাইরকপগুম চৎখি।

— তরুবী নঙদি নথন্তা কদায়দনো?

— ঐখোয় লৌবুক্তা নাপী পেংলুগে।

— নথন্তা পেংদৌরিদুবু লোইদৌরিব্রা?

— ইথন্তা পেংবদা লোইদৌ খজিক্তা ঙাইহৌরে ।

— হে, নঙবু লৌবুক লম্মাংসিদা নথন্তা চৎলিসিবু কিজদ্রা?

— কনানা করি তৌদৌরিবা করিসু নাচুংবিদে,

হায়না হায়না মশক উখিদ্রে। ঐনাখল্লি, কয়া চমথ্রবা লম্বেলদা মানা মোটোর গাড়ী থৌরকপদা, গাড়ী মনীংদা নপ্তুনা লৈশাবী পুংককপী কয়া কয়া চীংয়াগী 'তম্ফা রেষ্টুরেন্ট' অদুদা জুরা-জুরা চঙনখি। রেষ্টুরেন্টসিগী মনম নমথিবদি লৈবাক শারা শনথ্রবনি। অদুবু করিসু নাচুংদে, মফমসিদবু পাম্লে, শাবী-শান্নৌশিংনা। তরুবীসি লম্বেলদা থেংনরকপী ময়ামদুদগী কুচুদা কুমেন্দা শাবান্দা করিসু তাদে, মসিবু মশাদা ইরাং পকপা ইউ উদে, থবক্তা নোমদুনা লৈরগদ্রা? তৌববুদি মবোক্তুগা মাগতনি, শেলথুমগী ফীভম ফত্তবনা ওইরম্বসু য়াই খুঙ্গংগী চনুরাসিনা মাগী চহী মতাং অসিদা লুহোংখোংদোংবগী ঝাখলদগী লাপথোক্লিবসি হায়না জাতিশ্বরনা খল্লি। থা অনীগী মতুংদগীদি লোইমোম ফৌদু মুনশিন্নরকই। মাগী লৌথংনবা মাধপকী লৌ য়ৈরকই, মথংদা গুনচন্দ্রগী মানদুম অরাপ্পদগী লাকপনা থিন্থহৌই। খুল্লংগী মতেংনা মাগীসু লৌ য়ৈরে। বোরাদা হানজিনবিরম্লগা, খুল্লং নুপা-নুপীশিংদুনা হায়রকই, 'ভাই, জাতি উরব্রা, খুনয়াদা থাউমৈ থাল্লিবসি লীলা তৌদৌরিনি। ঐখোয় ঙসিদি ঙন্না কাথ্রগে। নঙ গাড়ী লাকপা ঙাইহৌরো।' জাতিশ্বর মরৌদগী থোরকপা ফৌ বোরাদুদা ঙাথদুনা ফম্লদুনা মানা ঝাইজখিবা শক্তিমানদো লাকপা ঙাইরি। নুংথিল পুং ৫ দা হায়নখিবনি হৌজিক্লা পুং ৬.৩০ তারে। উচিন নাচিন্না লাক্কুনা হেগুলমেম্লে, ড্রাইভরনে, মখোয় অহুম্না ফৌদু গাড়ীদা হাপ্তুনা ময়ূম য়ৌরকই। নহালমখৈ ঝাখিবদু পুমকাউ হেক কাউই। ফৌদং ময়ূম য়ৌরকপনি, খুঙ্গংদুদা খুল্লংগী শেল শিংগদবা কয়া লৈহৌরি। নুমিৎ ২গী মতুংদা, মাগী গাড়ী মচাদু থৌদুনা মাগী থুংফম যূমদুদা চঙলকপদা, মাঙ্গোলদা নুপা খরা পূনবা উই। তরুবীসু থোঙ্গালদা কোক থেংনৈ, জাতিশ্বরনা হংই 'করিগীনো তরু, নখোয় মাঙ্গোলদা মী পূল্লিসিবু?' 'খঙদেবো', হায়রম্লগা নোকফেৎ তৌরম্লগা চেনখি। লীলাদুগী মতুংদা তরুবী চেল্লে। নুপাশিংদু লুহোংবগী মতম লেপ্পা লাকপনি। জাতিশ্বরনা খল্লি, ওন্থোক্লা থাজখিদ্রেদা, মীওইবা হায়বসে মাগী মাগী মতম হায়বদু

য়ৌরক্লবদি য়াপোৎ নত্তে। লুহোংখ্রবনিনা অমুক হন্না উন্নখিদ্রে। লুহোংবসু য়াওহৌদে, বার্ত্তণ ফংদবনা, মপূক্লিংদা নীংঙমহৌদে। জাতিশ্বরদি মহৌশাগুম লৌউবা তোক্তে, কুমগী নোং তাদুনা লৌবুক্তা থবক শূবা মতমদা, উথুম্না খোংবা তারগা মানা 'খঙদেবো' হায়রম্লগা নোকফেং তৌরগা চেনখিবদু মমিৎতা শং-শং উরকই।

--( )--

# ঐ লানথ্রে

— যাদু নঙবু নপাগী মতেং খজিক্তা পাংউ হায়রবানি, ননাও অতোনবা অসিফাও লৌবুক্কী লৌয়া কাচিন য়াল্লি। নঙদি অসুম ভাবোক ওইদুনা লৈরে। মতমসিদা নোমহৌদনা করম্বা মতমদনো নোমগদবা। নোংঙানবগা নফি শেৎতুনা চৎলিবসিবু কদায়দনো?
— ইমাগা বাবাগা অসুক কন্না নোমলিবসিবু করি হেনগৎপা ঙন্নবগে?
— অদুনবু থবক কন্না শূসি হায়বনি।
— ঐ থবক শূকসু শূরোই, চাবসু য়াওবিরোই।
— হে, অঙাং নঙ নরমচৎ চুমদে হায়নরবনি।

থম্বাল্লে মখোইদৌ শিক্লা শাউনা ঙাওলি।। যাদুদি ফুক হৌগৎতুনা চৎখ্রে। হৌজিক মতমদা ইচা ৱারকপা ওম্থোক্লা লুখ্রে। খরা ঙাঙলুবদা, য়ূম থাদোক্তুনা চৎখিনি হায়দুনা নীংঙাই তৌদুনা মখোয়না অপাম্বা গাড়ী লৈহনবা লায়না অমগুম শন্দোরক্লি। তম্পাকচাওগা থম্বাল্লেগা মচা

মরিনি। মরিমক মখোয়না ঙম্বা শক্তিনা লাইরিক লোইনা তমহনবনি। লৌমী মচা ওইবনরা অমত্তা মহৈদা খোইজংবা য়াওদে। যাদুদি স্কুল কাদ্রে, কদায়দগীনো *টৌইগন অমা* পায়দুনা কোইচৎ চৎতুনা মতম লেল্লি। তম্পাকচাওনা থম্বাল্লেদা

— নঙবু কৈদৌগে নচা নুপাদু খুনয়াগী লৌ শঙম অসে উকায় খরা তকহল্লু, শাৎপনা হাল্লনি। লেমহৌবা নাপী-খরদুদি পেংবা ঝাররোই। নচা ঝারকপা হৈতে হায়দুনা শাউরি।

— মপানি নঙগা ঙাঙনজৌ।

হায়দুনা মখোয় অনী অমনা অমদা মরাল শিনরি। চিংজিন থাসিদা তম্পাকচাওসু ঝাবনা কপ্লাক চিংবা ঙমদে, থম্বাল্লেসু য়ারি খুম্বা ঙমদে হায়বদুনি। মীগী মরৌ শান্দুনা উবনি, ফনবা হোৎনদুনা খজিক্তুং লেমহৌনবা হোৎনদবা য়াদে, অতোপ্পগী লৌ কৃমদুনা হার লৈনবা শেল খরা তান্দবসু য়াদে। থায়নগী মোইরাংফৌ ফৌঙাংগুম্বা হার চাদবা ফৌশিংদুগুম্বা নত্তে, হৌজিক মতমদা লৌমীশিংনা থানরিবসিদি চাথোক ফৌথোক লৈবা— কে.ডি., লৈমা ফৌদি— চাওদম থিনবা, তীঞ্জেল লাইজেনগনবা অঙাংদা ভিটামিন পীজদুনা য়োকপগুম মতিক চানা হার তীল হিদাক কাপত্রবদি ফৌ ওইদে। চিংজিন থাসিদা মমা মপাগী মতেং পাংদবা যাদুসে খুঙ্গংগী লমচৎকী ঝাংমনি। ঐখোয়গী লৈবাক্তি খুঙ্গংনা য়োক্লিবনি। মাগী লৈখোম কৃম্লিংদবা মতৌসিদা মনে থারিক্লা লাক্লগা হায়রে,

— যাদুসি বজারদা অজিৎকুমারগী দুকান্দা ফি য়োনবদুম য়াওহল্লসি।

থম্বাল্লেনা হংজে,

— য়াগদ্রনে? মানা পাখং অমত্তা থিরকউ হায়বা কুইরবনি। ঐ কাউথোক্লুরে। থা-থাগী তলব লুপা ১৫০০ দগী হৌগনি।

— ইনে, মদুদা, শোইহনবিনুবা।

থারিক খুঙ্গংদা লৈরবসু নোংঙানবগা বজারদা মশক উই। দুকান্দার অয়াম্বগা তিন্নে। কৈদৌঙেদা মহাজনগী শেল হাৎতে। থীন্দনা যাদু

অজিৎকুমারগী সেলসমেন ওইরে। ক্লাস টেন থাকরবনি, চল্লাক লৈরে, মহাক মহাজনগী খূৎচাবী ওইরক্লে। যাদু নুমিৎ নীনি শুরে, দুকান চৎতবা, মমানা হংই,

— কৈদৌরে ইবুংঙো থবক চৎত্রবদি?

— তল্লিদা য়াম্না ইজ্জৎ য়োনবা থবক্লি।

থম্বাল্লে খোয়দৌ শাউগৎলকই। মহাজন্না মী থাদুনা কৌহল্লে, সাইকল অমসু শীজিন্নহনবনি। নুংতিগী লুপা ২০/২০ সেলসমেন লোইনা তলবগী মথক্তা খর্চ ওইনবা পী। শূনীংদবা মীগী হিদাক লৈতে যাদু ফমুংদা হিপ্তুন করি খল্লিবনো অদুম লৈ। ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৪:৩০ তারম্লগদ্রা ট্রম্লী উপ্লা শক লোৎপা পাখং অমা চঙলক্লগা অজিৎকুমারগী দুকান্দা পার্টিগী ফন্দা লুপা লিশিং মরিফু দান তৌ হায়না ডিমান্দ তৌররে। মহাজন্দো মমিৎ মনা লংখৎপ্রে।

— ভাই পোৎশিংতবা মতমসিদা, অদুক য়াম্বা শেলফমবু কদায়দগী শাগৎকনি?

— অদু আদা খঙদে, হোরেল নুমিদাংবাইরমদা অমুক হল্লক্কনি শোইদনা থনম্মু ।

গিৎ নল্লগা পাখংদু থোকখি। অজিৎকুমার মকোক খোৎলি। সেলসমেনশিংদুনা, 'ইবোয়াই, রনবীর ঐখোয় হৌজিক দুকান হাংখিদ্রা নৎত্রগা থোঙ লোনগদ্রা?' সেলসমেনশিংদুনা খুল্লকই,'বজারসি পুলিসকা সিফাইগনা ঙাক্লি, মতোমতনি লাক্লমবদু মাতনা চাক চত্রা, হল্লকখিসনু, ঐখোয় তৌগে, করিগী থোঙ লোনগনি ।' হায়দুনা মহাজনগীদম পাম্নোম তিংই।

সেলসমেনশিংদুনা হায়, 'নোংমা থোঙ লোনবনা কয়া মাঙলিবা, শেলখায় পুবা ঙমদদুনা কারবারবালা অয়াম্বা কারবার মফম হোংনপ্রে। মমৈথংদদি মফমসি হুরান চিঙ্খি মীহাৎপনা খুলিংবা মখোয়না ভোট লেপ্তুনা উৎ-পাৎকী শাসন অমা লিংদুনা নোরোক্কী লৈবাক হায়বদু ওইবা শোইদ্রবনি।'

শেল পাম্বগী ময়াইনা সন্ধ্যাগী মতম চপ চানা হল্লকুনা নহাদু শেলফম অদুমক পীয়ু হায়রে। রনবীরগা ইবোয়াইগনা নমদুন পাখংদু মনুংগী কাদা ঈনশিল্লি। মমায়দু হাইদোক্লবদা অতে কনা ওইরমদ্রে, যাদু ওইরম্লে! 'শালা, বহনচুৎ, নঙনা ওইরে, লাই শারিবা', হায়দুনা অজিৎকুমার মখুৎ পেন্না ফুরে। ময়াম চঙদুনা ফুবদা মচিনবান কায়রে। দুকান্দারনা খুৎলৈ থুনা পুলিস কৌদুনা যাদু পুলিসতা শিন্নখ্রে। খরবু থেংথরমম্লবদি মথ্বায় মাঙলমগনি। মহেসু মতিক চানা হৈত্রবা, খুঙ্গং মচাদু অচৌবা থবক অমা পায়খৎলুবনা ঙাকশেন্দুনা পুলিস ওফিসারনা ইন্ট্রোগেসন চথনবগীদমক পুলিস ষ্টেসনদা পুরকই।

তম্পাকচাওগা থম্বাল্লেগনা অঙনফৌ লোকনি হায়দুনা হরাওরুবদু অথোকপা মখে ফৌব্বানবী কৌদুনা শংবাই ওন্দুনা শিং নান্না তাইথোক্লে। ফৌগী মমলদি শুপ্লতগী লুপা লিশিং তরুক খঙা কেশতু ককনবা উকিল থানাগী খর্চতি লিশিং তরেংকী মথক্লি। নুমিৎ কুননিগী মতুংদা জেলদগী লৌথোরকপদা মমা মপা অনী উবদা যাদুনা 'ইমা-বাবা ঐ লানখ্রে' হায়দুনা খুরুমই। অদুবু লুরিবদি অফাওবা মমিং লৈবা য়াওল্লুপ অমগী মিং শীজিন্নদুনা অদুক য়াম্বা শেনফম অদু মানা ডিমান্দ তৌরুরিবদুগী করি ফল ফংগদগে হায়বদুদি খঙবা ওমদ্রি।

তাং ২৯/৯/২০০৫ ইং

--( )--

# নুপীলান থৌরম য়াওরুরগা হল্লকপা

থা অমা চূপ্না পাঙথোক্কদবা নুপীলানগী পাউজেলনা খবরগী লামায় খুদিংগী মফম কল্লি। লৈবাক অসি হন্দক্তি নুপীগী ইহৌ কনখৎলকই। নিশাগী মায়োক্তা নুপীশিংনা ইচং থৌনা থবক কয়া পায়খৎলকই। নুপী ঙাক্তগী কবি সমেল্লনসু পাঙথোক্লকই। অইবী কয়ানা লাইরিক মথং মথং ফোঙবগী পাউ তায়। গৌরহরীনা খবরদগী খঙবা ঙমই। নুপীগী মতম হায়বদু লাক্লেদনা হায়দুনা মপূক্লীংদা খল্লি। তা গৌরহরী মহেগী থাক্তি থায়নগী ক্লাস আইত পাসনি। এডুকেসন ডিপার্টমেন্টতা পিয়োন ওইরমই। মিটিংদা ভাবোক ওইগল্লি। মশাসু নাল্লি। মাগী ভাবোক ওইবা পান্না মতৌসিদা মখোয় লৈকাইগী ইন্দুমুখীনা 'তাদা ঙসিদি নুপীলান হোলদা, ঐখোয় নুপী ঙাক্তা শান্নগদবা নুপী লানগী 'ড্রামা' অমা উৎতৌরি, ষ্টেট কংক্লননি য়াওরুসিদনা', হায়দুনা অয়ুক্তা বার্ত্তণ অমা থনমই। 'তাঞ্জা য়েংলক্কে ইবেম্মা', হায়দুনা হরাওনা লৌহৌরে। মফি নান্না শেৎতুনা মাগী সাইকলগী মতেংনা নুপী লান কমপ্লেক্স য়ৌরে। ময়ামদি পূল্লে, ঙাইনরিবদু চাফগেষ্ট প্রসিডেন্ট ওইগদবা

ফম্লাইবশিংদুবুনি। ঙাক শেন্দুনা য়ৌরক্লে, চীফ গেষ্ট, প্রসিডেন্টনা মৈ চুখৎতুনা ফংক্সন হৌরে। অখঙ অহৈ ইমাগী কাঙলুপ্তগীসু নুপাশিংগী মরক্তগীসু মতমদুদা থোকখিবা নুপীলানগী মরমদা ভাষণ পীরকই। বক্তাশিংগী মরক্তগীসু 'মতমদুদা থোকখিবা নুপীলান চাকতাংবগী নত্তে, পেন্দবা তুহৎপীরবা প্রজাশিংনা বৃটিশকী অমদি, মহারাজগী মায়োক্তা হৌখিবা লাননি', হায়না মোৎ ফোঙদোক্লরকপা য়াওই। 'অদুঙৈ ১৮৯১ দা নুপাশিংনা খোংজোম লান্দা থৱায় কৎখিবশিংদুবুসু কাউফম থোকপ্রা', হায়না তা গৌরহরীনা মপূক্লিংদা মরৈ য়েৎলি। ইতিহাসকী তাক্কক কয়াদা নুপীনা লৌখিবা রোলসে য়ামদি য়ামখ্রেদা, কাউফমদি থোক্তবনি। মখোয়শিংসি মথৌনা মরিংজেন্দা পাম্থোইবীগী চাদা নৌদানি লিম্থোইঙম্বীগী লিংজেল চেনবীদি ওইবা জাৎনি হায়না তা গৌরহরীনা মপূক্লিংদা চাওথোকচবা পোকচৈ। অদুঙৈ পাওনানা খোংজোম লান চৎলমদাইদা মাগী সেবক চিংলেনম্লানা ওঝাগী থৌগল ঈনগনি হায়দুনা নীংঙাই তৌরক্লবদা, ওঝানা ইচাদি, অঙাং ওইরিনা হিংবা য়ারি লৈহৌ', হায়দুনা থেম্ববু য়ারক্লবদা মমাদা ওনশিন্দুনা 'কমদৌসিগে সিজা?' 'য়াররোই ওঝাবু ননাইসি থৌগলদি ইনজরসনু তৌবতবু লানচিং পুরেল মকোক্তি ওইহনবিগনু' হায়দুনা চহী ১৫/১৬ কী মচাবু লান্দা থাখিবা কয়াদা মথৌনা ফগ্রবী মমানো? শান্নবুংদগী তবী তবী চেল্লক্লগা মমাদগী বিদাই লৌদুনা মপাবুং স্নাম্বাগী তুং ইনখিবা সেঙ্গোইস্নাসু হিংনা হল্লকখিব্রা? মিটিং লোইরে। নুপী ঙাক্তা শান্নবা নুপী লান ড্রামা অমুক হৌরে। ১৯৩৯ ডিসেম্বর তাং ১২ গী নুমিদাংৱাইরম পুং ৬ রোম তারকপা মতমদা থোকখিবা থৌদোক্তবু হৌজিক্তা থোকপগুম নুপী আর্টিষ্টশিংদুনা ষ্টেজ অদুদা 'কস্তুরী বাবু থোঙ হাংঙু চেঙ ৱানগেনে, করিগী অসুক ঙন্না থোঙ লোল্লিববু ? মনাওনুপা ফুলচান্দগীদা অমুক চঙদুনা 'থোঙ হাংঙুনে চেঙ ৱানগেনে?' মরাৱারী দুকান পুম্নমক থোঙ লোইনা লোনথ্রবদা, চেঙ ফংদ্রবী নুপীশিংদু ফনেক কৌতক শেৎকৎখ্রে,

খ্বাংচেৎ মচি লাংগ্রে ! 'ফৈ-ফৈ তেক্লা অমমম পায়দুনা লাকখিবা নখোয়না মণিপুরগী চেঙ যৌগী চুম শো পায়গ্রবা।' নখোয়গী গুদাউন্দা চেঙ লোইনা পৈশিল্লগা চেঙ লৈতে হায়বদি মতুংদসু দুকান হাংবা য়ারোই হায়দুনা অয়াকপা খোন থারক্লে। কস্তুরী বাবু কিবদগীরা মপান থোরক্তে, পুকচেল তয়াং তশোইবা মচানুপা য়ুরিয়ানা 'হন্দক্কী চহীসিদি চগেমবু চাবা ফংলি, মথংগী চহীদদি ঐখোয়গী খূয়া উফূলগা চেংকুপ চগেমগা নোয়খায়রগা মণিপুর প্রজা পূম্নমক পীজগনি।' চীফ গেষ্ট, প্রসিডেন্ট অনীদুসু ড্রামানি হায়দে, খোন্দাদুদা ইকাইবা মওংদা মঙক লৈথোকউ, মদু উবদা, তা গৌরহরীনা তস! পেল্লে লীলাগী ক্লাইমেক্স হায়বদু মতাং অসিদা হায়দুনা মপুক্লিংদা খল্লি। করিনা মসিগী দষা অসি হৌজিকসু কোকপা নৎত্রি। নুপী পূম্নমক পূনশিন্দুনা মারবারী মহাজন্দা যৌ তায়বা লাকপা ষণ গাড়ী তকখৎতুনা ফাগৎলকপা মতাং অমুক উৎলক্লে। মথং মথং চখরকপনা মণিপুরগী মহারাজ শ্রীযুৎ চুরাচান্দদা কস্তুরীগী মচানা থারকপা খোল অদুগী ব্রাকৎলুবদা মহারাজনা নাখোং শানিংদদুনা 'মদুগী বীচার ঐনা তৌগদব্বা নস্তে, সোটো সাহেব বর সাহেবনা তৌগদবনি', হায়দুনা অমুক থাদোরক্লে। উপায় লৈত্রবী ইমাশিংদুনা শাউখিবনা শন্নাংদি ইফা ফা পুন্নাং লাংদুনা লাউদুনা লাকপনা থানা মপা য়ৌরকপদা খোমদ্রাম আই:পি:না 'নুপী লমহেনবীশা ওক্তবীশা চেঙ ব্রানবা ফংদ্রগা লমজাওদা লাওরগা করি কান্নগনি। নওগী নওগী নুপাশিংদু মখূৎতা খূৎলাই পায়দুনা অহিংদা লূট চৎহল্লু।' নুপীশিংদুনা খুন্নকই:

— থানা হুইরোইশা! নখোয়না প্রজাগী অব্রাবা করি খঙগনি, নখোয়দি ইনশিল্লগা চংপা হুইগুম্বনি।

আই:পি:না:

— মচিন কনবী নুপীশিংসে মরাইবক অসিদা খোঙপাক্লা হেক কাওববু।

হায়বা লোইফাংত্রিঙেদা থৌনা ফবী সবীগা নুপী ৬কা লোয়ননা,

— কাও... কাও ...

হায়দুনা চঙশিনবদা খঙহৌদনা থোক কাওরকপদা সবী লোংনা হাইথরকপা। নুপী ময়াম্না সবীগী সেবা তৌবা মতাং অদুদা ভাবকশিংগী মরক্তগী শেল থানবা য়াওরক্লে, তা গৌরহরীদি ফুরিৎখাওদগী রুমাল লৌথোক্তুনা মপি তৈথোক্লি। নহালমখৈ খঙলমদ্রবসু তা গৌরহরী ঙসি ফংঙ্গন য়াওরুবদগী মণিপুরদা ২রক থোকখিবা নুপী লানগী ৱারী খরদি খঙবা ঙম্লে।

ইং ১৯০৪ দা অহানবা থোকখিবা নুপীলাননা কেপ্তেন নাত্তালগী বঙ্গলো মৈ চাকখিবগী ম্যেক্সওয়েল সাহেবনা সহরদা লৈবা মীশিং দা ময়ূম ময়ূমদগী উ-ৱা পুহল্লক্তুনা নমদুনা শাহন্নবা হুকুম তৌখি। অদুগী মায়োক্তা ইমাশিংনা চোংথোক্তুনা 'নম-হাদুনা শাহনবা য়ারোই' হায়দুনা য়ূম শানবা মচাকশিং চাইথাইদুনা নুপাশিংগী ইজ্জৎ কনখিবা মতাংদুনি। ২শুবা নুপী লাননা বৃটিশনা হৌরক্লিবা নুপীশিংবু তাম্থোক্লবা হোৎনবদা নেপালি সিফাই চীংমী সিফাইশিংগা ইমাশিংগা সঙ্গিন মুন্নবদা মশাদগী ঈখেং লৈমায়দা ইঙাং ঙাংনা তাখিবা থৌদোক্তুবুনি। ফংঙ্গন লোইরবনিনা কৈদৌনি তা গৌরহরী বজার ফাওদুনা প্রতাপ টোকিজরোমদা হল্লকই। উরে, ক্না য়োনবী মীয়াই চনবী অমগী মনাক্তা গুলাপ মচু ঈনবী নুপী নহা অমগা অতোপ্পা অমগা ফমদুনা লৈবা। আই! মখোয় অনীদি পোৎশু য়োন্দে, থৌ লৈতনা ফল্লিবসিবু করিগীনো? মিৎতা নাতাসিগা অচাবা ফারিবা হায়বদুরা হায়দুনা তা গৌরহরী মপৃক্লিংদা চিংনবা পোক্লকই। খোঙচৎতি লেপ্তে, সহর ময়োম্দগীদি খরা লাপথোক্লক্লে। পান দুকান অমদা অমুক মিৎয়েং থম্লুববু ক্না য়োনবীদুদগী নুপাশিংনা ক্না লৈদুনা চানরি, য়োল্লিবীদু চহী ২৭কী মথক্তুম ওইগনি। মশমদুদি ককথৎতুনা লেংপাক্তগী হেন্না শাংহন্দে, হাফ সাইজ লৈশাবী শারি। মখৃৎনা ক্না তপ্লি, মমিৎনা নুপাশিংদুদা, মচিন্না নুপাশিংদুগা ৱারী শারি। নুপাশিংদুনা অমুক অমুক নোক্লকপদা মফমদুগী অচিকপা থুগাইরি। পীশুম য়েক্লিবা মমায়দা তৈরিবা মতৌদুনা ঈরাং চেনবীনি হায়বসিদি ময়েক শেংলে। য়েংনীংদেদা

ঙসিদি মিত্তগী পী তাদুনা হল্লকপনি, অচিকপা লম্বীরোমদদুম থৌথরগে হায়দুনা রিমস রোডরোমদা হাইথরকপদা উরে, মোটোর সাইকল অমদা পাখং অমনা জীন শেংপী লৈশাবী অমগা অতোপ্পা অমগা পূল্লপ নমশিন্দুনা চীংয়ারোমদা য়াংনা থৌখিবা। অঙাং নৎত্রে অনীদু চন্নবা ঈনশিন্নদুনা তোংবনা থৌরিবদুগা থংনবদুদি বেশন পাক্লম শারে। তা গৌরহরীনা খল্লি, কোরৌ মঙালসু শামজিলক্লে, কদায়দবু ওইরিগবা চৎলিবসি। শক্তাশিংগা ঐনা তারকপা উরকপা নুপীশিংদুগা চাংদম্নরবদি ওম্থোক্লা খেন্নম্রেদা, মখোয়শিংসিনবু লৈবাক্কী করিবু তৌবা ঙমগনি ঝাথোক চাওবী নত্তনা হায়দুনা মপূক্লিংদা শাউনিংবদুম পোক্লকই।

তাং ১৯/১/২০০৬ ইং

--( )--

# ঐনা লাংদুদা থুরুই

অয়ুক্কী পুং ৮ রোমদি তারম্লগনি,পাখঙ অমনা ক্ষুটর খাল্লদুনা সোমেনগী য়ূমসিবু কদায়দনো? মনাক্তা লেপ্লম্বা অহলদুনা থোংগালদুদা চঙঙু তাকপীরকপদগী হৱাওনা চঙলকই। কনাবু উন্নবা লাকপনো ইবুংঙো? ইমা ঐ সোমেনগা উন্নবা লাকপনি। লাকও ইমাগা চঙমিন্নরসি হায়দুনা পুশিল্লক্কুনা সোমেনগী কাদা থারিবা সোফাদা রুপচন্দ্র ফমথরে। মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা মরুপকী মশক উবদা সোমেনগী মায়থোংদা হৱাওবগী মমি অমা তারমই। "ঐসে সুনিতাগী পাউখোল্লোইনি, নঙবু উন্নরু হায়দুনা থারকপনি।" অতে নত্তে, নঙ কুইনা নাদুনা লৈরে হায়বা মহাক খঙলে। ভাইসু তারম্বা যাই মহাক সরকারগী কলেজ অমদা পার্ট টাইমরগী ওঝাগী থবক অমা ফংলে। মাগী অহানবা তনব ফংলমাল্লে, তামো সোমেনগী অনা লায়েংনবগী মতেং ওইনবা লুপা২৫০০ দং থিল্লু হায়না লাকপনি। নঙনা নাবনা কয়া কুইরবা নঙবু মানা অসুক লুনা নীংজরিবসিগী মরীনা করম তৌবা? তৌবগীদি, পাখঙ লৈশাবীগী মরীনি হায়বদি খঙই। অদুবু, নচিনমক্লা মরীদু লীবদুনি ঐনা তানীংলিবা।' মরুপ

সুনিতাগা ঐগা লৈনখিবা মরী, ঐনা করম্না নাখিবা মরম পূন্নমক ঙসি লোইনা মরুপকী মফমদা লীরমগে, চা-গ্লাস অমমতংদি থকমিন্নখিসি, ঐ ইশাসি শোনবনা শদৌ থোংলবনি। ঐনা করম্না লায়না চেনবা মীশক অমা ওইখিবা, মা ঐগী নুংশি মরীগী খোঙহৌনা করম্না হৌখিবগে হায়বদু অসুম্না চখখিবনি।

— নোংমা ঐখোয় কলেজদা ঐনা হৌরুই, সুনিতা নঙ ক্লাস লোইরব্রা
— লোইদ্রি করিগীনো?
— য়াম্না বারৌগদ্রা কান্টিন্দা চঙলুসি হায়বনি।
— অদুদি ঐ য়াম্না বারৌইবু

হায়দুনা মানা হরাও মীনোক অমা নোকথোক্লকপনি। মদুবু ঐনা কয়া খোয়দানা য়েংজখি। কলেজ অমত্তদা পূন্না তম্মিন্নবনি ইবানি। ঐখোয় কলেজগী লম্পাক্তা হৌরিবা নাপীনা ইশং শংনা চোংখৎলক্তুনা য়েংবদা কয়া ফজহল্লি। ক্লাস রুমগী মমাঙদা হৌরিবা অত্তরগুলাপ্না ইঙাং ঙাংনা ফুগায়না শাৎলি। মদু য়েংলদুনা সুনিতানা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই,

— সোমেন হোরেল ঐখোয় অবাং লম্পাক্তা, থাবল চোংদৌরি, য়েংবা লাকউদনা।
— নঙবু থাবল চোংবকা হৈজব্রনে?
— ঐবুদি নঙনা খঙলিবদুনি চোংবা হৈতে, য়াওরোইদা।
— নঙনা চোংবদু য়েংগে হায়বগী লাক্কদৌরিবনি।
— হোয়, তাঞ্জা য়েংলক্কে।

কান্টিন্দা চামিন্নরম্লগা ইবানি অদুম কায়নরে।

ঐ সুনিতাখোয়রোমদা চোংবা থাবলদু চৎনীংবনা থম্মোয়দা মথুম-মরাং হৌরমই। ইমান্নবা অমগা খোঙবু ওইদুনা ঐ নুমিৎতুগী থাবলদু য়েংলুই। সুনিতাদু মৌনহা অমগুম অঙৌবগা অঙাংবগা লাংবা ফি মতেক অমা ইন্দুনা পোৎয়োনবী অমগী লুকমায় মনাক্তা মমা মন্দোনশিংগা লেপ্তুনা থাবল চোংবা য়েংলমই। ঐগী ইশক হেক উবদা

সুনিতানা নোকফেৎ তৌদুনা মিৎচিনা হাইরপ হাইরপ য়েংলকপদুদা,ঐ ইশাদা নুংঙাইবা রাগ অমা ফাওরকই। থাবল চোংলিবশিংদুসু নুংঙাইরমগনি। চোংবা য়াওদ্রবসু ঐসু থাবলদুগী নুংঙাইবদি অদুম ফংই। ২রকশুবা ওইনা সুনিতানা ঐবু মখোয়রোমদা অমুকসু থাবলচোংবা য়েংবা লাক্লবা বার্ত্তণ তৌরকপনি। মানা হায়রকপা খুদিংদা ঐ ইচিনসিনা 'লাক্লোই' হায়না খুম্বা সুকঙম ঙমদে। চৎলুগে হায়দুনা থাবল ফরবা অহিংদুদা খরদি থেংনা স্কুটর থৌদোকই। নুমিৎতু ঐ ইমান্নবশিংগা পুনবা ফরক তাই। পান দুকানসিদগী ক্বাদুম চারগা চৎকে, মীসু মফমসিদা য়াম্না চঙনৈ হায়দুনা ঐ দশুমতীগী পান দুকান্দুদা চঙলুই। পাখঙমচাশিংনা মাগী মফমদগী ক্বা চার-চারগা মরী মরী চৎখিবদু নোকফেৎ তৌরদুনা য়েংদুনা লৈহৌই। মানা ফল্লিবা পান দুকান্দু স্না লমজাওগী নাকল অমদনি। অরাপ্পদা থাবল চোংবগী ঢোন, বঝাই, বেগুণগী খোঞ্জেলদি তাম্না তায়। ঐনা মাগী দুকান্দা চঙলুবা মতমদা মা মশাদা ইরাং অমা তৌরমই। ঐনা ঐগী ক্বা তপ্পীনবা হায়রুবদা, মানা ঐঙোন্দদুম পাউখোল অমত্তা হান্না চৎপীরুখো হায়না থৌদারকই। 'করি থবক্লোনে ইচে,' হায়না ঐনা হংই। 'অরুবা নত্তেদা, অসুম ফম্বসিদা মোরোক অশাবা চানীংলকই, শিংজু লুপা ৫দং লৈবিরু হায়বনি।' মানা থৌদারকপদু ঐ য়াদবা ঙম্লমদে। লৈবা চৎলমদাইদা মানা ঐঙোন্দা পাউমেল্লকই, 'দশুমতীগীনি হায়য়ু, মানা ঐগী অপাম্বা মওংদা মচন অদুম হাপচরক্কনি।' শিংজু বোরা য়োনবীদুদগী ঐসু মানা হায়বা অদুমক হায়দুনা লৈরকই। ময়োমদু লানশিনবদুদা মানা নোকফেৎ তৌরদুনা ইবুংঙো নঙসি নবুক ফবা পাখঙনি হায়দুনা থাগৎপি। নুপীদু চহী ২৭ রোমগী মৌনি। কুচুদি মুদং তৌই, চুং ফিরান্দি চাই, মশম ফৈ, নোকপদা রাশি লৈ। মানা নোক্ল নোক্ল শিংজু অদু তোৎতুনা ঐবু হরাওনা চামিন্নসি হায়দুনা কৌশিল্লকই। ঐ মাগী দুকান মনুংদা চঙদুনা ইবানি চামিন্নবদু হঙ্গোই। 'ইচে, ঐদি চারোইদা' হায়দুনা খুমই। মহাক অনম কনবী, মমায় কনবীনি, মানা ঐবু খুৎ পায়দুনা নমদুনা চিংশিন্দুনা

ইবান্নি ফমদুনা চামিন্নরে। ঐনা মোরোক শাখ্রেদা হায়রুবদা, মানা নোক্তুনা অতেকপনা শাবগা অকংবনা শাবগা খরদি খেন্নবনি হায়রগা পংনোক্তা নোকই। ঐ মানা নোকপগী অর্থ খঙলমদে। অশাবদি অশাবনা লোক্কদবনি হায়দুনা মাগী দুকানগী মচি অমদগী লিক্লি অমা পুথোরক্তুনা গ্লাস অমদা হৈদুনা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই। ঐসু চিংনদনা থকচিল্লুরে। তশেংনা মদু ঈশিং নত্তে। ময়াক কল্লবা 'য়ু' নি। মাসু ঐঙোন্দগী গ্লাস লৌরগা হৈদুনা ইমাঙদা গুৎ-গুৎ থকচিল্লি। ঐনা হংই, 'ইচে, মসিদি ঈশিং নত্তে।' মাসু নোক্তুনা খুন্নকই, 'নত্তে অমুক্তা তৌখিদ্রিব্রনে?' তোয়দবগী ৱানি, তুমিন্না অদুম লৈরে। ফরক্তা মতম হৌখ্রে। দুকান পরেং থোঙ লোনবা য়াওরক্লে। স্না লমজাওদা মী তাক্লক্লে। মানা হায়রকই, 'থাবলদা শকহেনবী লৈশাবীগী মখূৎ পায়গদবসু ফংদ্রেদো। ঙসিদি, ঐখোয়গুম্বগী খূৎতি পায়নীংলোই, অদুবু ঐদি পাখঙ নখোয়গুম্বগা পায়দুনা চোংনীংখ্রেদা হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা ঐগী খূৎ অনী অসি পুল্লপ পায়শিন্দুনা মথাদা কোনশিল্লি। মানা ঐবু লাইফদিবীগুম তৌনীংবা মওংদা শান্নরকই। অদুদগী মাগী পান দুকান্দু 'শো' লোনশিন্দুনা মপোৎ মচৈশিংদু খাও অমদা হাপচিন্দুনা ময়ূম মায়কৈ পাঙখি। ঐসু স্কুটর থৌদুনা য়ূমদা অদুম হল্লক্লে। নুমিৎ অদুদগী ঐ মহৌশাগুম সুনিতাগী মনাক নক্লুগদবা হঙ্গোইবা পোক্লকই। মরক মরক্তা ক্বা য়োনবীদুনা ঐবু মখূৎ হৎতুনা মাগী মনাক্তা কৌবগুম তৌখি। ঐনা কোন্না খঙলকখি, মহাক লূখ্রাবীনি। হিংনবগীদক শেল তানবীনি, শায়াম থেংনবীনি, এইডস কী মহীক চেনবীনি। অসুন্না খরা লৈরগা বি:এ: থার্ড ইয়ার পরিক্ষা থারমদাই ঐ হকচাং ঙন্নক্ত্রে। নাবনা মরম ওইদুনা ঐ তম্বা মখা চত্থবা ঙমদ্রে। সুনিতানা অপনবা লৈতনা চত্থখিদুনা  বি:এ: লোইদুনা এম: এ: তমখ্রে। ইবানি অমুক্তফাও উন্নবা ফংখিদ্রে। ঐ নোংম- নোংমগী হকচাং ঙমদবা হেঞ্জিল্লকই, ঈ থাংদ্রবা নাইলোন ঙাগী কুচু ওইরকই, চানীংবা ফাওরক্তে। ময়োল কংলবা উপালগুম তুবা ঙাইরিবসিনি।

সুনিতানা পার্টি তাইমরগী থবক ফংলে, হায়বসি ঐ য়াম্না নুংঙাই। এম:এ:দা মহাক মার্ক ৬০গী মথক্তা ফংলমগনি। ঐনা থাজে মহাক ফুল তাইমর শোইদনা ওইরক্কনি। 'মায়থোং কোইরপ তাবী, কুচু ঙৌবী, পুকচেল চাওবী, ঈং তম্বী, নোকপদা, রাশি লৈবী সুনিতা', হায়রগা ঙাইহাক লূকথদুনা সোমেন কপথোকখ্রে। মকোক হাইগৎতুনা হায়রকই, 'ভাই, ঐগী অনাবদি ফররোইদবা অনাবনি, ঐচ. আই.ভি. মহিক্না লৈবাকসিগী লৈরক কোনশাং খুদিংদা কোইনা চৎতুনা লৈ হায়বসি ঐ খঙলুদ্রে। চেকশিলহৌদবদগী ঐ লাংদুদা থুরুই। ঐ মঙোন্দগী শেল শুনা লৌররোই, মাগী অফংবা লোয়নমক পীরম্লবদি মাদি করম্না কলেজ কাগনি। লুপা ১০০০ তংদি লৌহৌরগে। মরুপ্না ফনবা খুম্বীরো ৱাফম অসি মঙোন্দদি ফোঙদোকপীরুনু, থিন্দোকপা ঙমদ্রে, ঐ সুম লৈহৌরগে।' ফরে, ভাই চৎখ্রগে, ফনবা খুম্লুরগে। রুপচন্দ্রনা পীরম্বা লুপা ১০০০ দু সোমেন্না মমাদা শিন্নরে। নুমিৎ ২গী মতুংদদি ৱাকচিংগী ১৭ নি পাল্লে। ঈংলবসু থাবলদি ফজবা থোকই। সোমেন্না মাগী কাগী মমাঙগী থোঙনাওদু হাংদোকহন্দুনা থাবলগী দৃশ্য অদু মমিৎ কৃপ্তুনা য়েংলি। অদুঙৈ সুনিতাখোয়গী লম্পাক্তা য়েংখিবা থাবল অদু নীংশিংলক্তুনা কংলবা খজাই অনীদা পিরাং শিন্থরকই। কুইনা য়েংবা ঙমদে, অঈংবা নুংশিৎনা মশাদা ফুরকই। থোঙনাও থিংজিল্লে। নুমিৎ অদুগী অহিং অদুমক্তদা শোম্থরক্তুনা সোমেন তাইবঙপান থাদোক্তুনা সনাতোন ধর্ম্ম ফংজখ্রে।

তাং ৮/২/২০৬ ইং।

--( )--

# নঙ লাক্কনু

থারিক্লা অয়ুক্কুদা মথৃত্তা য়োৎপাক পায়দুনা মনাওনুপী থরোবু কৌথোক্লি। থেংলে থোক্লক্লো, ঐখোয়গী থবক্লা কোলহৌরনি লৌপুনা মরূ হুনগে হায়বনা হাল্লক্লগনি হায়দুনা মচিন্দা বেং বেং ঙাঙলি। থরোসু 'লাক্লে-লাক্লে' হায়দুনা য়োৎপাক পায়দুনা থোরক্লে। থারিক্কা থরোগদি থবক্কী মীনি। কুমগী নোং লাক্লবদি অনী অসি থবক চিনবা হেল্লি।

ইম্ফালদগী লৌপু অমনা মশাগী মরৌ খরা উই। মখোয় অনীনা মাগীদমক লৌরাং শূবীরি খূনেক্তা শেল খরগীদমক। মসিগীনি মখোয় অনীনা য়াহৌ ঙল্লিবসি। থারিকী মপুরোইবা ইবোয়াই অহল ওইরে, কুইরে ফমুংদগী হেন্দ্রিবা, নাদুনা। অহল অসিগী অফবা চিঞ্জাক পীজনীংবনা থারিক মহাজন লৌপুদু লাকপা ঙাইরিবনি। ঙসিনি মহাক্লা লাক্কনি হায়রম্বা নুমিৎতো। মপুরোইবা ইবোয়াইনা কল্লিঙৈদদি মতুং ইন্দুনা থবক শূজরম্বনি থারীকসি, হৌজিক্তি শোনখিবনা নামা তারে, চৎলি নোমলি হায়বদা মঙাই মথায় কয়া নুংঙাইতে। মখোয় অনীনা লৌরাং শূরিঙৈদা লৌপুদু টেক্টরগা লোয়ননা লাক্কুনা লৌফমদু লৈনাং

তানা খোইরক্লে। মচিন-মনাও অনীনা খ্বাংচেৎ শেৎতুনা চুবাদা হুমাং মরিক মরিক কাবখে লৌরি কাচিন য়াম্দুনা লৌরী কক্তুনা, লৈপাক পেকখৎতুনা লৌরী শারিবা মতৌদু উবদা, লৌপুদু পেল্লমাল্লে, 'ইন্দোলখোয় ব্বারন্নগনি, চা লৌজরুগে' হায়রন্নগা হোটেলদগী অচা-অথক লৈবা চৎখ্রে। থীন্দনা পুরক্তুনা ময়াম লৌরী মথক্তা ফমদুনা থকমিন চামিন্নরে। লৌপুদুনা পরপ-পরপ চঙশিল্লক্তুনা থারিক্কী মখুত্তা 'সে ইন্দোলখোয়গী খূৎশুমল লৌবিরো' হায়দুনা লুপা ৬০০ তরং-তরং পীবিরে। চা থক্লা থক্লা চাম্মা চৎপী নোটতু মশীং থিরদুনা মনাও থরোরোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

— ঙসিগীসিদি ব্বানুংঙাইনি।

— য়ূমদা ফমদুনা লৈরগবু শেলসি ফংগদ্রা? নতৈগী অফবা চেঙসু ব্বানবা ঙল্লগনি, চাবা য়ানবা ঙাসু লৈগে। নহান শঙ্গোম য়াওবা চা গ্লাস অমত্তা থক্কে হায়রকপবু পীথকপা ঙমদনা অদুম তোকখ্রে।

— ঙসিদি পীথকপা ঙল্লনিদনা নপুরোইবদুদা, নুংশিনখ্রপোৎনি, অসুক অহল ওইরফাও।

করেম্নরকই থরোনা। হুং চা থকপদা মতম কুইনা লৌমল্লি, থবক অমুক হৌরসি হংচিৎনি, লৌপুদুনা মরৌ অসিদা মরা থাগনি হায়রম্বদো। লৌরী শেম্বা শাবা লোইহৌরোই। মখোয় অনী থবক অমুক হৌখ্রে।

ইঞ্জিন অচৌবদুনা নৈরম্বদুদা থারিক্লা লৈপাক পেকখৎকে তৌবদা, ঙমু অমা মকোক ঙাওদুনা লৈরম্বদো কোক থেংনরে। থারিক্লা মখূৎনা হুমদুনা ফারে।

— 'তস! ফারেদনা, নতৈদো পীজরুগে।

— অসুক কুইনা লৌবুকসিদা থবক শূববু ইতৈগী ব্বা নত্তনা অতোপ্পা অমত্তা হেক হৌদোরক্কে। ইতৈদো পীজগনি হায়রিবা ঙম্বদুবু কয়া চাওবগে, অমুক্তা য়েংহৌগে?

— সিনিনে বোগ্রানি

থাঙ্গৎলকপদা নাম্থোক্তুনা থোক চোংথোকখ্রে। অমুক হুমদুনা থিবদদি ফংদ্রে, লৈখোম লৈনাং মরক্তুদা।

— ঐবুসু মনাওনুপীনিনা য়েংহন্নীংদুনা থাংগৎলকপদা মাঙখ্রেদো ওন্থোকইদা,

হায়রদুনা থারিক থরো মচিন মনাও মথ্বায় নুংঙাতনা ময়ূমদা হন্নরকই।

থারিক্লা দাড়ি হেক কাখৎলকপদা মচা নুপা গম্ভীরদু 'য়ু' থকচিন্দুনা লাক্লগা মপাগী ফমুং মনাক্তা লেপ্তুনা 'নখোয়না ঐগী করি থম্বীরমই, নচা শেম্বা ঙম্লোইদৌবা নখোয়দি করিগী পোকপীরি শিজখ্রো', মচোংপাক নাইদনা অশোনবা মপাদুদা অমুক শাপ তৌদুনা ঙাঙলি। খোন্দা অদু তাবদা মমাদো মমিত্তা 'ঈ' কারদুনা 'নপানা পোকচবা হায়ববু নঙগা লাই ওইখ্রবা নচনদুগা অনীদা নৎত্রা? নঙবু ঙা তুঙ্গোল অমনা, ফৌ শংবাই অমনা চাওরকপ্রা? ইমা ইপা লায়রে হায়দুনা নচনদুদি চেঙ তক্তুনা থিল্লকই। মশা লৈখিদ্রবা ফাওবা থায়নগী নুংশিনবদু কায়ননীংদদুনা ইয়াদুনা 'ইকু মশা ঙমদে, ইনেম অহল ওইরে' হায়দুনা নহান্দসু চেঙ থিল্লরুম্মী। পীবা নঙদি ইপা অশোনবগীনি হায়দুনা করি পীজরে। নতে ননাও সরক মপান্দা ঐখোয়দগী নাথৈদুনা দুকান ফাম্লিবদাই। নঙদি শাগৈগী মৈতাল অশিবনি। 'নঙ লাক্কনু, নঙ লাক্লগা নপা অনাবা হেনজিল্লি', হায়দুনা থারিক্লা শাউদুনা লিন অমোমগুম কাম্বদগী 'গম্ভীর' তুরোই ঙাম্লোই ইমুংদগী মপান থোক্তুনা চংখ্রে।

তাং ২০/৭/২০০৬ ইং

--( )--

# এৱার্ড ফংলগবু হরাওদ্রা

ইনেশি, ইনেশি য়েংঙু খবরদা মমাঙগী হেডিংমক্তদা য়াওরে, পদ্মশ্রীগী এৱার্ড লাউথোকপদা মণিপুরদগী ইন্দুমুখীসু য়াওরে হায়না। পাউ পুরক্লিবী ঙানবীনা মনেবু হরাওবনা মশা নোই-খোৎতুনা নুংশিনা য়েংদুনা সেবা তৌরি। পাউ অসিনা ইন্দুমুখীগী মশাদা করিসু হরাওবা ফাওদবগুম তৌই। অহল ওইরবনা তগৎ-তগৎ তেক্লম্বা ঊনশা অদুসু ইখুই খুইজিল্লে। ফজরম্বা মায়থোং অদুসু চপশিন খোইজিল্লবা শকফম ওইরে। নুংঙাইবগী ৱাহৈ অমত্তা মচিন্দা পল্লক্রবদা ঙানবীনা ইনে নঙবু ভারতকী প্রসিডেন্টনা 'পদ্মশ্রী এৱার্ড' পীদুনা ইকাইখুম্নরগনি হায়রগা করিগী নুংশুক নুংজান্নরিবা?' 'ইবেম্মা শিগদৌরবা ননে ঐঙোন্দা সনা লুপা লৈতেংগী লিক-কোন কয়া শিহল্লবসু হেনগৎলরোই ফজবদি, শরূদা অদুক লৈতেংবা হায়বদুনি। ঐনা তাবদা পদ্মশ্রী হায়বা এৱার্ড অদুদি শেল লুপা তরা ফাওবা হাপ্পা মনা নত্তে। চুম্নতগী কলাকারশিংদা সন্মান উৎপীবনি হায়নৈ।

এব্রার্ড লৌরুগনি হায়দুনা তৌরিবা ননে ঐগী ফিভম নঙ খঙলেদনা, অযুক্কী নুমিদাংগী থোংনবা চেঙ ব্রাল্লগা চারিবনি। চেঙ অদুসু ইরৈবাক অসিগী মৈতৈ চেঙ চাবা ফংবা নৎত্রি। সুপর ফাইনগা য়াল্লগা চারিবনি। কদায়দগী ভারানো দিল্লী তান্না চৎতুনা এব্রার্ড লৌরুগদৌরিসিবো?' 'ভারাগী খর্চ লোয়নমক মখোয়না তৌগদবনি হায়বনি।' অদু ওইরবদি খন্নবা য়াই। লৈশাবী মচা খরা জগোই ঈশৈ তমগনি হায়দুনা ঐগীদা তত্তনা লাক্কুনা মতম কয়া মাঙলরি। ঐদি থম্মোয়দা মখোয়না থাংজিলক্লিবা খোঙথাং অসি শোইরবনি হায়না খল্লিবনি। নঙসু খল্লু, শিরমদাইসিদা কলাকার খরদা এব্রার্ড পীবিরকপসিদা, হরাওবনা মথুম-মরাং হৌনরি। মসিগুম্বসিদি ঙাইহাক্কী গীলতিনী, খরা লৈরগা অদুম শিথদুনা মাঙখিনি। জগোই ঈশৈ তৌবী অমত্তনবু অফ-নুংঙাইদা ময়ূম পানব্রা? ড্রাইভর 'য়ু' থকপনা খর লৌ, ঠিকাদারগী অতোনবী ওইদুনা মাঙথোকপীরম্লগা হুন্দোক্কুনা লম্মাংদা তাদুনা মাঙবনা অয়াম্বনি। লাইরিক-লাইশু হৈবা জ্ঞান তাবা খরনা কোইরম্বদুদি ঙাইহাক্কীনি, জগোই ঈশৈ তৌবিবু কনানা লৌবা হৌনবগে হায়দুনা অসুম লাপথোকখিবনা অয়াম্বনি। ঐখোয়দা য়েংলিবা সমাজ অসিগী মিৎয়েংসিবুনি ঐনা পেঞ্জদ্রিবা। ননে ঐখোয়না ওঝা গুরু খল্লকপা তরাই-তরাইবা নত্তেনে, লৈখিদ্রবা মনোহরশাইগী ওঝা মিংদি পন্নীংদ্রে, ওঝাদুগী শৈহেক শৈদা অদু পামজরুদুনা ওঝাগীদা খোঙনা চৎচৈ। মতমদুদা মোটোর সাইকলসু কয়া তোংনদে। ওঝাগা ঐহাক্কা মাঙ্গোলদা ঈশৈ ঔরাইমিন্নরিঙৈদা ইমাদুনা থোরক্কুনা ঙাঙখিবা খোল হৌজিক ফাওবা নাকোংসিদা ঙংদুনা লৈরিবোই নীংই। ইশৌ লাংমনখ্রবদুদদি ওঝানা 'চৎলো চৎলো ইচাসিদি, হয়েং অমুক লাক্লো', হায়দুনা থাদোক্লকই। ঐনা খল্লি, 'অসুক ব্রানা লাক্লগা ঈশৈ পদ অমা ফাওবা মপুঙ ফানা ঙংদনা য়ূমদা তহন হল্লেদকো।' লাইবক্লা থীরিবসু নুমিৎতু লম্বীদা ইথন্তা হল্লকপদা পাখঙশিংদুনা ঐসে জগোই ঈশৈ তৌবীনি মমল

য়াওদবীনি, মখোয়না হায়রিবমখে য়াগদবা মীশক্লি খল্লুরমাল্লে, তাহেদবা ৱাহে কয়া হায়রকই,' নাকোং মেন্দুনা য়ূম য়ৌরকপনি। নুমিৎতুমদি ঐ চরা হেল্লে। ইমানা 'কৈদৌরে নঙ চাক চাদ্রবদি ?' ঐনা ইনুং কল্লিববু, অদুক নুংশিনা হংবিরিবা পল্লেমগী মফমদা ৱা-মচেৎ অমত্তা হেক খুমখিদবনি। 'করম থোক্লগবা ঐখোয় ইন্দুমুখিসিবো' হায়রল্লগা ইমা কৈথেল কাখি। ইমা হল্লক্ত্রিফাওবা ফমুংদা চঙদুনা ফিরুক খুমদুনা ঐনা হেক কপ্পবু। নুমিৎতুদা ঐগী থম্মোয়দা ঐ জগোই ঈশৈ তৌখিসিরা তোক্লসিরা হায়না অকনবা লান অমা থেংনখি। শিনফমসি থাদোক্লোইদা হায়দুনা শিখাং খাংদুনা ঙসি ফাওবা চত্থরক্লিবসিনি। ইবুংঙো ইবেম্মগী রসতা য়ূম্ফম ওইরগা যমুনা মপান্দা শান্নবা 'পাসখেলা' হায়বা অমা মণিপুরদা কাংগী মতমদা মাঙুব-মাঙুব খূদিংদা য়াম্না পাম্না কৌনরম্মী। ঐহাকসু দল অমদা কৃষ্ণ শাদুনা পাসখেলা য়াওরক্লে। ঐনা চূরা হাপ্তুনা জগোই শাবদুদা পাখঙ অঙাওবা ভাবোক য়াওরমদুনা শেল নোট অদু ঐগী চূরাদা থেৎকদবগী কোইতান তান্নে, ঐনা জগোই শানা-শানা কোইচেন চেল্লি, মদু উবদা ভাবোকশিংদুনা ৱা লাউনা নোক্তুনা মাঙুব অদু পুমনিন নিনখি। মতমদুদদি হৌজিক্কী মতমগুম্না খৎন-চৈনবদি কয়া থোক্তে। মসিনা ঙল্লিঙৈ মতমগী ৱারীনি। ইশাগী চহি খরা লৈশিল্লক্লবা মতমদদি, বাসক, খুবাক ঈশৈ য়াওরক্লে। শচীমাতা, তারা, রাস লীলাদা গোপীনচিংবগী শক্তম লাংলক্লবনি। জগোই ঈশৈ তৌবগী পুন্সিদি তীংখং তুম্বৌনা পীক থল্লি। শিনফম অসিদা চঙলুবা নুপী কয়া খাঙভুথক্তা তমথীরবা তীলনা চিকথৎতুনা মহৈ চাদনা তোক্লখিবনা কোঙ্গাইনি। ননেখোয়না মচিন তুমখৎলকপা মতমদদি ইশক থিজরবসু, লাইবকশা তিন্নবা কয়ানদি ইতুং কোইন ইন্নরিবনি। ইশুং ইমান্নবশিংদগী লাই ওইখ্রবা ইপুরোইবা ঐজ্ঞা গুণচন্দ্রনা ঐবু মুনবনি। ঐজ্ঞা ঠিকাদারনি, ঐসে মাগী অতোনবী ওইরেদো। ইশুংলাংগী ঐজ্ঞাদু শেল ফনা য়াম্না খর্চ তৌখ্রমাল্লে। জগোই রাসকী অনেকপা গোপীগী ওদর ঐজ্ঞানা খুরক হাংদনা লৌশিল্লকই। মতমদু

নীংশিংলি, হিদংময়ুমগী মাশুবদুদা জগোই রাসতি হৌদৌরে। ময়ামদি পোল্লোই শেৎপা লোইনখ্রে। ঐদি ‘ফি’ ময়োমদুদা মোন খাঙদুনা হিপ্লি। ঐজ্ঞানা ‘পোৎলোই শেৎচিল্লোদনা নঙসু, ময়াম লোইনখ্রে।’ ঐনা খুমজে, ‘হকচাং য়াম্না ঙমদ্রে, ননাই ঐবু ঙসিদংদি পোখাজরগেবা।’ ‘য়ারোই নঙ ফংনবা হোৎনবদা শেল য়াম্না চঙখ্রে।’ ঙমদ-ঙমদ হৌগৎতুনা জগোই অদু লোইবা ফাওবা থৌগল অদুম তৌজরকখি। কলাকার অমা ওইনবা হোৎনরকপা তরাইবা নত্তে অমদি কলাগী পোৎশক অমগী মমল তয়াং তয়াং হেক লেপ্পা য়াবা নত্তে। নখোয়না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কারকপদা উরিবা ভৈগ্যচন্দ্রনা শামু ফাবগী নুঙগী মূর্ত্তিদু তরাই তরাইবা নত্তে। হৈথোই শিংথোইরবা কলাকার অমগী নীংথিরবা খূৎফম্নি। মূর্ত্তি অসি শাবীরম্বা তাইবুংঙোদুগী মমিং মৈস্নাম বেতোম্বী সিংহ কৌবনি। ইতিহাসকী তাঙ্কক অমগা শাগোন্নরিবা মূর্ত্তি অমবু লাম্থোকপীরম্নবা মীশক অদু ঙসি কনানা শকখঙবীরি? শ্রীযুৎ রাজর্ষি ভৈগ্যচন্দ্র মহারাজনা জগোই রাস লিংখৎপীদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎপীরম্বা নৎত্রা? অসুক মমল য়াম্নবা মূর্ত্তি অসিবু কনানা শিৎ নানথোক্লি কনানা রঙ্গ তৌরি। সিনেমাগী পোষ্টর থেৎফম ওইদুনা অসুম লৈরি। অঙম্বশিংনা কলাকারশিংগী কলাগী পোৎশক্কী শেল কায়থোকনীংদ্রি। খর লৈরগদি শ্রীযুৎকী শামু ফাবগী শক্তম অসি তেক কায়দুনা নম্বুল তুরেলগী মোৎলবা ঈচেলনা পুথখিদুনা ঈরোম্নুংদা চঙখিবা য়ারি। থোৎনা নৌনা শাবা জগোই রাসকী জগোইনা মণিপুরবু মপানগী লমদা শক তাক্লিবা নৎত্রা? অমরোমদা হায়রবদি, জগোই ঈশৈনা নোংলৈ নুংশিৎ ওইদুনা লৈন-লৈনা পুখৎতুনা মণিপুরবু নোংমদোন পক্লা ব্বাংহল্লিবনি হায়বা য়াই। ঐহাক্লা করিগুম্বদা মীগী দেব-কর্ম্ম শোরাৎনচিংবদা বার্ত্তণ ফংদুনা ঙাইহাক্তং ভাবক্কা ওইদুনা ফম্লুবদা কুইনা লৈনীংদে, চৎনীংবনা খোঙয়া অসি মরেং মরেং চৎলকই। করিগীনো হায়বদা শক্লিবা শৈশক, য়েরীবা পুংয়ৈ অদু খোইদাজদে। পুং য়ৈবা অদুনা পুং য়ৈয়ু হায়রগা পুংদি য়ৈদ্রদুনা

চোলোমনি হায়দুনা মন তৌদুনা চোংলকপা খূদিংগী উফুল ফ্রং-ফ্রং হৌদুনা ময়াম ফম্বা য়াদে। মদুগুম্বা পুংয়ৈ, থায়নদি মীগী কৰ্ম্মদা খক য়েনরমদে, খোঙ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা চোলোম তৌবসি শোরাংতদি চৎনদবনি। শোরাংতা থায়নগী পুং য়ৈবা ওঝাশিংনা তোয়না য়েনরমবা ঘ্ন-বারী, উজ্জহার, মদন মোহোন হায়বা তালশিং অদুদি হৌজিক্কী পুংয়েবা ঈশৈ শকপা ওঝা নহাশিংনা অমত্তবু য়েদুনা শক্তুনা থৌগল তৌববু থেংনদ্রে। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীৰ্ত্তি মহারাজগী মতমদা লাই ওইখ্রবা ওঝাশিংদুনা ৱানা শেমদুনা থম্বীরম্বা তালশিংনি। ইপা-ইপুশিংদুনদি মসিগুম্বসি মাঙখিবা য়ারোই হায়দুনা উখোং কোন্দুনা খাংবগুম থাদোক্লরমদে।

অমরোমদা শোরাংতা হৌগৎতুনা 'রাগ' অচৌবা হৌদুনা শক শোল্লিবা অসিদি খরদুম ফরি। তবলা অমগা খোন অমগা হারমোনিয়ম খোংবা অমগা ঈশৈ হনবনা করম্বনো, দুহারনা করম্বনো খোনপাংবনা করম্বনো খঙদবা, ফমশক পাৰ্টি অমনা শোরাং কৰ্ম্মদা নট-সঙ্কীৰ্ত্তণগী মহুৎ শিল্লক্লিবা নোম্না অসিনা করম্বা চহীদা করম্বা নিংথৌগী স্না হাথক্তা হৌদোকখিবনো ননে ঐবু ভাব তাহৌদ্রে। অনৌবা মণ্ডংগী সঙ্কীৰ্ত্তণ অসিনবু মশা-মরেং ফন্না, চাওখৎলক্লবদি থায়নগী ওঝাশিংনা থম্বীরম্বা নট-সঙ্কীৰ্ত্তণদি মণিপুর তম্পাক্তগী তাম্না পাইখিদুনা হরীনা খোংবা তাদ্রবা লোক্লুংদা চঙখিদুনা মশকপু উবা ফংখ্ররোই। ঐখোয়গী ইরল ওইবা তাংলবা ফজরবা কলাশিং অসিনা ইরৈবাকসিদগী অসুম অসুম মাঙখ্রগদৌরবা মতম অসিদা ঐনা এৱার্ড ফংলগবু করিবু হরাওনীংঙাই ওইগনি। অহল ওইরক্লবা মতমসিদা ননে ঐবু ভিজিত্তিং গুরুগী ফম অমা ওইহন্দুনা থাদা লুপা ৫০০০ পীবিরি। হৌজিক্কী মতমদা শেল অসিদি লৈকাইগী পোৎয়েং ফাওবা কোন্নদে।

— ননে ঐনা ওঝা গুরু কয়াগী মফমদগী ৱানা তমজরকপা জগোই ঈশৈগী বিদ্যা খরসে পামজবা কনাগুম্বনা ঐগীদা লাক্তুনা তমজরনবা মফম ওইনবা য়ূমগী মমাঙসিদা শঙ্গোই অমত্তবু শাগে

খনবা কুইরবনি, শাবদি সুকঙম ঙমদ্রে। থায়নগী ওঝাশিংনা থম্বীরম্বা কলাগী পোৎশকশিংসিদি ম্নাগী মথক্তা তম্ফানা থিনবগুম্বনি, পূর্ণিমাগী থাজগুম মঙাল ফবী ঙাক্তনি। হৌজিক্লা থিজিনবা ব্রাৎপা, তম্নিংদবা, হোৎনবা ব্রাৎপনা থাশি অসুম-অসুম ওইশিল্লক্তুনা মমৈথংদা পুমমাঙ মাঙখিদৌরে।

— অদুগী ওইরবদি, ব্রারুরনু ইনে, হৌজিক্তি পদ্মশ্রী এব্রার্ড ফংলবনিনা মণিপুর সরকারনসু ইনেবু শক খঙলনি। নহাক্লা পাঙথোক্কে খনবা হীরম খূদিংমক্তা সরকারগী মতেং ফংলনি। ব্রাজখিবগী তমজরকপগী মহয় চারগদবনিনে।

— অদু ওইরবদি ইবেম্মা, ননে ঐনা চৎপা মীয়াম তিনবা থৌদোকশিংদা মেডল অসি থেৎতুনা লেন্নবগুম উৎলগেকো।

--( )--

# কোন্থিং কারবা মায়থোং

পুঙ্সিবু কনানা নুংঙাইহবনি লেপ্তবনি হায়না লৌগনি। ইবোচৌ লায়রবা লৌমীগী ইমুংদা পোক্লবু মাগী তোপ তোপ্পা মরৌশিংনা ঙসিদি মহে হৈবা মীশক অমা ওইরে। মাষ্টর ডিগ্রী লৌইদুনা সরকারগী কলেজ অমগী ওঝা ওইরে। লেকচরর ওইরবসু লুহোংদ্রি। অপোকপা লৈখিদ্রে। মমা হনুবীগা লৈমিন্নরি। থোং থাক্তুনা মমাগী সেবা তৌনবা 'মৌ' অমগী অৱাৎপদি লৈ। লাইরিক হৈবী কন্যা অমত্তদি য়েংগে খনবা কুইরবনি। নীংবু নীংলবদি লাইনা তম্বা অমদি লাকই। সখীতোম্বী মোং হাদবী হোৎনবা কনবী নুজা অমনি। মখোয়গী ইমুং মনুং লাইরিক্তা খোয়জংবা ঙাক্তনি সরকারগী লোইশঙ অমদা নৎত্রগা অমদা লোইনা থবক তৌই। সখীতোম্বীসু ইন্দষ্ট্রিজ ওফিস্তা থবক তৌরি। কেরাণী নত্তে, ওফিসার ওইরিবনি। ওফিসার ওইরিবসি লুহোংদ্রিবী নুজা অমদি ওইরি। অপোকপীদি লৈখিদ্রে, পল্টৌ গোপালদি লৈরি। সুট তাই পুন্দুনা পাখং মচাঅমগুম হৱাও কূঙ্কে য়েংদুনা লৈথোকই, মচানুপী থাজ য়োঞ্জবগী ৱাখল থোইনা খন্দে। মচানুপীবু কদায়দা করি শোইখিগদগে কূপশেন

শেন্নবিবদি অপোকপী পলেম মমাতনি। ওঝা ওইমিন্নবা সুবোন্না নোংমা ইবোচৌগা থবক অমগীদম ইন্দষ্ট্রিজ ওফিসতা চৎলুসি হায়দুনা লাকমিন্নে। মখোয় অনি ডিপুটি ওফিসারগী কাদা চঙলকই। জেন্টলমেন্ট অনিদুনা হেক ফমথবগা সখীতোম্বীনা মাগী কোলিং বেল খিংদুনা পীওন ইবোয়াইমা কৌদুনা চা লৌরুনবা থৌদারকই। ওফিসকী অচিকপা কাদুদা লৈশাবীদু মথন্তা ফম্বদু নুংঙাইত্রবা খঙদে, অনি অদুনা লাকপগী মরম হরাওনা হংলি। সুবোন্না হায়রকই, 'মেডাম করিগী চা কৌবিরিবনো, ঐখোয়দি ৱানোম্বা লাক্লিবনি। ঐখোয়না লৈরমগদবনি।' সখীতোম্বীনা তপ্না খুন্নকই, 'অদোম্না লৈবা মতমসু লাকপা য়াই, ইনাক্তা লাকপীরবনিনা, ঙসিদি ঐনা লৈজবনি।' ৱাহৈ অদুদা পেল্লমাল্লে অনিদো নোক্লক্লে, লৈরম্বীদুসু নোকপদা য়াওরে। সুবোন্না মখা তারকই, 'চাদা নত্তনা বোরা-কসু য়াওরিনে।' ওফিসার ওইরিবীদুনা হায়রকই, 'ঐখোয় ওফিসতি লম্ফেল পাৎতা লৈবনা কৌখা মরাং কায়না ফংই। শ্বাইগী হোটেল অয়াম্বা কৌখা বোরা ঙাক্তনি, হৈনবিদ্রা?' 'য়াম্না হৈনজে' অনিদুনা মোমোন নোক্নুনা খুন্নকই। ইবোচৌদি কৌখা থাউদা তাওথোক্লগা গ্রেম গ্রেম লাউবদু শাইবা য়াম্না পামই। মতম অমদা য়ারল পাৎকী কোম্বীরে, লম্ফেল নৱা কোম্বীরে হায়নরম্বদু মমিংতা ঙাইরবনি। অতাংবা লৈরাং অসি ঙসিদি উশিল্লক্রবনি। মুদং তৌনা রাশি লৈবী লৈরাং অসি ঙসি ইন্দষ্ট্রিজ ওফিসকী ভেরেন্দাদা মনীং তম্না লৈশাৎ তমহৌবদু উরকপদা ইবোচৌ মপূক্লিং নুংওন্দুনা ফম্লিবনি। পীওন ইবোয়াইমনা ইখি খিগৎলদুনা হায়রকই, "কৌখা বোরাসিবু হাওবিদ্রব্রা?' কনামত্তনা খুন্নক্ত্রিঙৈদা, অহাংবা কপ প্লেটশিংদু পুদুনা হোবে হোবে থোকখ্রে। ভাব তাবা নুপীশিংদি কলেজ ওঝা ওইরিবা ইবোচৌবু ব্যাবহার তৌদবা য়াওদে। সখীতোম্বীসু মুদং তৌনা রাশি লৈবীনি। ডিপুটি দাইরেক্তরগী ফম পায়রিবী নুজাসিবুসু পাখং অয়াম্বনা মাগী মাগী ওইজনীংলিবনি, ফোঙদোক্লুরগা ৱা মাঙগদ্রা হায়দুনা লৈনবা ঙাক্তনি।

অসুম্মা, অহল লমনগী মতেং য়াওদনা মশা মশাগী অনীংবগী মতুংইন্না ইবোচৌগা সখীতোম্বীগা পুন্সি লৈপুন শেমদুনা মখোয় অনি য়ুম পানবগী তাইবঙদা চঙদুনা মচানুপা অমা ফংজরে।

লুরিবদি য়াম্মা তমথিরবা লায়না অমনা লেৎতুনা সখীতোম্বীদা নারি। পনবদা কিনরবা লায়েংবদা ফবা ৱারবা 'কেন্সর' হায়বসিনি মঙোন্দা নারিবসি। মকোক্কী মশম কেনখিবনা 'শম' হৌবা ঙম্রে। মীরক তিনবা য়ানবা খৃৎশেমগী শম শীজিন্নরে। শেল চঙনা মীরৈবাক্তা চৎতুনা লায়েংলুই, ফবদি ইঙম ঙমদে। কনাগুম্বনা তাকপীরকই, "সোইবুম চাও, কংলায়েন শীজিন্নৌ, মরাইনা ফজনি", মদুনসু ফবা ঙমদদুনা সখীতোম্বী পুন্নমক থাদোক্লম্লগা তাইবঙপান্দগী বিদায় লৌখ্রে। শেরাৎ লোইবগা মচানুপা বীরজীৎ বেঙ্গোলোরদা এম:সি:এ: তম্লিবা মফমদুদা চৎখ্রে। মমাগা ইবোচৌগদা তরক-তরক য়ুমদুদা লৈহৌরে। য়ুম্বানবনি হায়দুনা পাল্লুরে, মপুঙসু ফাদ্রে। ইবোচৌ থাবল ফবা নুমিদাংদা লম্পাক্তা মথন্তা চিন্তা তৌদুনা ফমই। থাবলগী দৃশ্য য়েংই। শোল্লবসু শোন্না মাতং ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরবদি কয়া নুংঙাইগদবা থল্লি। মমাঙদা মহৌশাগুম ইখি খিগৎতুনা সখীতোম্বী চপ লেপ্পরে। মদুদি ভাবনি, মমিত্তা পংউ উবনি। ময়ূমদা হল্লক্লে। অশোনবী মমানা থম্বীরম্বা চাক্তু চারগা ফমুংদা চঙই। তৃম্বা য়াদবা কুইরে, তৃম্লবা টেব্লেট ডাক্তরগী পাউতাক লৌরগা চাই। নোংম-নোংমা হৌজিনখিদুনা সখীতোম্বী কাউশিল্লকই। অতোপ্পা নুজা অমা থিদুনা য়ুম পাল্লগে খল্লক্লে। লুপ্রাবী অমা হেক্তা লৌরগে, ঐসু পাপ্রানি হায়না মপূক্লিংদা লেপ্লে। লৈরে, লাইনা তম্বা অমা, কল্যানী কৌবী নুজা অমা মপুরোইবা ঙন্তা শিখিদুনা হল্লক্তুনা লৈররে।

মপুরোইবদু করিমতা নারমদে, কোক্তা শোকপদগী লৈখিদবনি হায়। মপুরোইবদু সরকারগী থবক তৌরম্বা তাই, মহৎ শিলহৌবনি হায়দুনা পওন ওইনা পি:ডব্লিউ:ডি: ওফিসতা হোন্দা এক্টিভা অমা তোংদুনা কল্যানী কেনা থবক কারি। মশকসু য়েংবা য়াই, চহি

কুনতরেত্তগী হেল্লোই মসিদুম লৌদুনা য়ূম পাল্লগে খল্লে, ইবোচৌ। নুপীসিগী আশাদা মহাক্লা মতম মাঙবসি কুইরক্লে। নোংমা মখোয় অনি থাবল চোংফম অমদা কোক থেংনৈ। ইবোচৌনা হৌদোক্লকই, 'কল্যানী নঙগীসু নচানুপী অমা 'মেরী মোন্তেসোরী' দা তল্লি, ঐগীসু নুপা অমা বেঙ্গোলোরদা থারি, অনিসিদুম মচন মবুং ওইহন্দুনা, য়ূম অমদা পূন্না লৈমিন্নহল্লসিদনা?' কল্যানীনা মমিৎ খানা য়েংলদুনা খুন্নকই, 'ঐখোয়বু উশিৎপীদদুনা য়াররনি হায়দুনা তাকপীবগী ব্বানিনে, য়ূম পাল্লবসু সিনিয়ার ওইরবা তামোখোয়গুম্বদদি পাঞ্জরোই।' ইবোচৌ মমায় ঙাঙই। মখোয় অনিমক ফ্রৎ-ফৎ হাইদোক্লখি। ইবোচৌনা খল্লি, 'ঐ নুপীগী মফমদা মায়থিরবা লাম্মী অমনি। অরেম্বদা নুপী নহাগী ব্বাখল খন্দুনা ঐগী থম্মোয়বু অদুক হন্না অব্বাবা পীররোই।' নোংমা মরৈকায়গী মনে মাধবীনা মনাক্তা লাক্তুনা হায়রে, 'হনু হন্থিসু নত্তনা, ক্লরিগী, নঙ নয়ূম পাল্লোইদৌরিবনো, তুমিন লৈয়ু, লৈরিব্বী মচানুপী মন্দাকিনীসে নঙগীদমক ঐখোয়না হায়নদুনা লোইরবনি। নোংমা কন্যা কৎতুনা থোক লৌশিল্লগা লোইরে।' বেদো বেদো ঙাঙন-ঙাঙনা মাধবী চৎখ্রে। মন্দাকিনী বী:এ: পাস তৌরবীনি। লাইরিক ফৈ। চহি কুন্থ্রানিপারোম শুজিনখ্রে। লুখাবী মমানা পেরুক পেদাই খরা য়োম্দুনা মহৈ তমহল্লকপনি। হৌজিক্লা 'মেরী মোন্তেসোরী প্রাইভেট স্কুলদা ওঝা ওইরি। মশকসু ফজবা নুজাসিগী দোষ হায়ববু অউনপোৎ লৈদুনা লুহোংবিনবা শিন্নবা মী লৈতে। ময়াম্না শিনবিবদা য়াদুনা ইবোচৌগী মমায় ঙাক্তুনা মখোয় অনি য়ূমদিন্নখ্রে। কল্যানীদি ঈথক ইরাংদা তাউদুনা মশাগী গাড়ীদা মশানা থাউ হাপচদুনা পাখং মচাশিংগা শেন্থক থোংদুনা কোইমিন্নবা লেপত্রি। মমানা মিৎ নারদুনা হারকই, 'ইমাগী ইবেম্মা কল্যানী নঙগী সঙ্গাশিংসে ইমাদি পামজদেহে। থা অমতবু তলব শুনা পুশিলক্লে। নঙগা লোয়নরিবশিংদুদি নিশা চাবা, ড্রগ শীজিন্নবা ঙাক্তনি হায়নৈ।' 'ঐনা ওফিস কারমদাইসিদা নৎত্রবদি ঙাঙফম লৈররোইনে', মচানুপীনা খুন্নকই।

মমানা মখা তারকই, 'ঐদি নঙগী তাদা ইবোচৌ নাম্বোকখিবসি ওম্বোক্লা নুংঙাইহিদ্রে। তলবপু থাদা লুপা লিশিং কুন হেন্না চায় হায়। মশকসু ফজে, শাবানসু পালা শাবান হায়বদুনি।' মচানুপীনা উশিং থওইদনা হায়রকই, 'হো ঐগী মহুৎ শিন্দুনা নঙ হেক লৈরুরো।' মচিন্দা হায়জবগী ৱানি, মপূক্লিংদদি তাদদুনা কয়া নোঙ্গুরম্বা য়ারল্লবদি ফরমগনি। সখীতোম্বীনা থনম্বা মরল পূম্নমক মন্দাকিনীনা লোইনা ফংহৌরে, মরাইবক ফগ্রেদা', হায়না মীনা ঙাঙনবা তাই। মদুদি হৌগ্রবা ঙা চাওই হায়বদুনি। মাগী হোংলক্লিবা হকচাংগী ফীভমগীদক মহাক মপূক্লিংদা নুংনাংবা পোকই। খঙহৌদনা মশা অদু ফুরি-ফুরাং থুংগৎলকই। ফনা ঙৌরম্বা মায়থোং অদু মুশিল্লকই। খঙন-চান্নবশিংনা, 'কৈদৌরে,নমায় অদু মৈনা চাকপগুম মুশিল্লেনা নারুরব্রা?' কল্যানী খুমফম খঙদে, 'লাইফম তীনফম চঙলুরব্রা খঙদ্রে', থয়ায়ননা খুস্মী। মমা মন্দোনশিংদুনা তাকপীরকই, 'পাঙথোকচামগনু কল্যানী, নঙনা চিংনবা মফমদুদা হে-লৈ থাদোকউ।' মতম ফনা শাংনা হৌগ্রে, মাগী মাঙখ্রবা কুচু কুমেন হঞ্জিল্লকপদি সুক্লে লৈত্রে। নোংমা মীগী মপাম চাক্লৌবা অমদা ইবোচৌগা মবানি থোক থেংনৈ। নোকফেৎ তৌরদুনা ইবোচৌনা হংজিল্লকই, 'কমদৌরি কল্যানী উন্নদবা কুইরেদা, নুংঙাইরিদনা?' মহাক্কী ওল্লবা শকফম অদু উহন্নীংদদুনা মরোল মরি খঙদবা ৱাহে, অমা অনী হায়রল্লগা মীরক্তা শৎ লৈশিনখি। ইবোচৌনা হাইফেৎ উহৌববু মাগী মায়থোং অদু "কোহ্লিং কারবা মায়থোং" হায়বদুমক্লি।

---( )---

# লোইশিনহৌদ্রবা শঙলেন

কামজোং খুনগী অহল ওইরবা বাবুচান্দনা খুঞ্জাশিংনা অয়ুক্কী চা থক্কুনা পূনফম ওইবা 'বীনা' গী হোটেল অদুদা হায়রে— "ইচাশা ইনাওশা, লাইগী শঙলেন অসি হন্দক্কী ভোট অসিদা লোইহৌনবা হোৎনহৌরসি।" "খুরানা হায়বিরিবা অসিবু কৌব্রুগী শঙলেন শাবা লোইশিন্দ্রিবসি হন্দক্কী ভোট লেপ্পিবা কেন্দ্রিদেটশিংদগী শেলগী মতেং খরা খরা লৌদুনা লোইনবা হোৎনহৌরসি হায়বা নৎত্রো?" "হোয়নে, মখোয়দগী অঙম অঙম্বা হাপহন্দুনা শঙলেন শাবা লোইহৌরসি হায়বনিনে," খুম্লকই অহলদুনা। তিল্লিবশিংদুদগী অমনা হায়রকই, — "মরল লৈদুনবু ভোট লেপ্পিবনি, লাইগী শঙলেন শানবা অঙম্বা দান খরা খরা তৌবিয়ু হায়বদি য়ারক্কনিদা', হায়বা পাংবিরকই অহলদুগী ম্বাফমদুদা। বাবুচান্দনা মখা তাথরকই, 'নখোয়বু নুংঙাইহন্রিব্রা, অবাং কৌব্রু অশূপ্পা লৈমায় খুন্দা অহানবা, সনরিক মপান থারিবা, নোংপ্রে মউ লিংলিবা ইবুংঙো মাগী লাই হরাওবা মতমদা যৌগল্লোইশিংনা ফমফম লৈতদুনা কয়া ব্রানরিবা, শঙলেন অসি হন্দক্তি লোইশিনদবা সুকয়া য়াদ্রবনি।"

'লোইহৌরসি লোইহৌরসি', মফমদুদা তিল্লম্বা পূম্নমকশিংদুনা খোঙ্গোক অমত্তা ওইনা হায়নরকই। 'অদুনিদনা' হায়দুনা অহলদো হরাওদুনা মোমোন নোকচৈ। খুনগী চা থকফম অদুদা তিল্লরিবা মীশিং অদু অরাইবা অমত্তা নত্তে। খুনদুগী শাসন তৌবদা চাউরবা থৌদাং য়ারিবা মীশক ঙাক্তনি। নহা অহল খায়দে, মখোয়গী ৱারেপ য়াওদনা লাই হরাওবগী থৌরম পাঙথোকপা য়াবা নত্তে। লাইবু হরাওরক্লবদি মাইবী নহাশিংদুদি ঢন মখোল তাবকা য়াদে, লাই তোংলবনি হায়দুনা লাইমাঙদা জগোই শাগদবগী চেনশিনবা য়াওরকই। মফম মতম চাদনা জগোই শাবা য়ারোই হায়দুনা লাইগী থৌ পুরিবা পাখঙ অমনা মাইবীদো লাইমাঙদগী কোক চিংথোক্লুরে। মাইবী নহাদুসু অরায়বা নত্তে, খুদোম্বী শীংলদুনা 'নঙ খঙগনি' হায়দুনা অনীদু থোক খৎনরক্লে। কালিমোহন্না 'ইবুংঙো মাইবীসে লাইতোংলমাল্লে খান্নুরনু, মানা থোকপা শাহল্লো' হায়দুনা ৱাতেম্বী। খুনদুগী পাখঙশিংদুনা মরৈ কল্লিবসু অঙকপনি।

কামজোং খুনসে য়ুম ৭০দগীসু হেন্না তাদে। অদুনা মীশিংসু য়ামদে, হৌখিবা চহী কয়াদা ভোট কাখিবা এম:এল:এ:শিংদুনা খুনসিগী লম্বী থোং ফত্তবশিংদু শেম্বীরমদনা মতম লোইখিবা ঙাক্তনি। মখোয়গীদি ভোটর য়াম্না লৈবা মফমদবু অতম্না শেমনিংই। ভোটর য়াম্না লৈতবা মফমবুদি কাল্লগা হেক্তা চৎখি। কামজোং খুন অসিদি হৌজিক ফাওবা খুন্নুং ওইনা তৌদুনা চাউখৎপগী মমি অমত্তা তাদে। অদুননি বাবুচান্দনা হন্দক্নী মীখল অসিদা মীৎয়েং থমদুনা ভোট লেপ্লিবা কেণ্ডিদেটশিংদগী শেলগী মতেং লৌদুনা লাইগী শঙলেন অসিমক্তং লোইশিন্নবা ৱা হৌদোক্লিবসি। মহাক মতাং অসিদা য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈনীংদ্রে, মথৌমক ওইনা য়ুমথোং খূদিং চত্তুনা 'হয়েংদি লাইবুংদা শঙলেন শানবগী ৱা খন্ন-নৈন্নবা মিটিং অমা পাঙথোকদৌরি', হায়দুনা পাউ চেল্লি। প্রাউজেল অসি তাবদগী খুনগী মী পূম্নমক নুপা নুপী হুপ্লা থোক্লরক্লুনা ওসিদি লাইবুংদা লোইনা পূল্লরে। থিন্দনা মিটিং অদু বীরচান্দনা ময়ায় তাংবল লৌদুনা হৌরে। তিল্লরিবা খুণ্ডাশিংদুনা য়েৎনবা লৈতনা ৱারেপ খরসু পাস

তৌরে। অহানবদা শঙলেন লোইশিন্নবা য়ুমথোং খূদিংগী শেল লুপা ২০০/২০০ খায়বা অনিশুবদা কনা লৈজদ্রবী লূখ্রাবীগীদি মানা ঙমজবা হাপলকপদা য়াবিবা। অহুমশুবদা শঙলেন শাবা অসিদা অয়েৎপা পীরকপা মীশক্তো খুন্দগী তাম্বোকপা। মরিশুবদা ঐখোয়গী কেন্দ্র অসিদা ভোট লেপ্লিবা কেণ্ডিদেটশিংদগী শেলগী মতেং লৌহৌবা অসিনি। ৱাফম অসি ময়াম য়ানরদুনা শঙলেন শাবা লাই কমিটি হায়বা মী ১১ না শাদুনা শেল্লে। বীরচান্দনা প্রসিদেন্ট, মণিহুননা জেনেরেল সেক্রেটরী, মথংশিংনা যুগে, নিত্যাইবী, কালাচান্দ, মধুমঙ্গোল, নোদিয়া, সুমতী, কবোক্লে, সুনিতা, থোইবীনা মেম্বর ওাক্তনি। বাবুচান্দদি ফমকা অমত্তা পায়দে মাদি য়ুম্লুনি, ময়াম্না চোংথোক্লরকপা অসিদা হরাওনা ময়ামগী মতুং ইল্লিবনি। নুপী মেম্বর খরা হাপ্লিবা অসিসু হাপ্তবা য়াদবনি। মখোয়শিংসি মৈরা পায়বী ওাক্তনি। খুনসিদদি মখোয় য়াওদ্রবদি থবক অমত্তা মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙমদে। শঙলেন শানবা শেল্লিবা লাই কমিটিদুগী প্রসিদেন্টনা লুচিংদুনা মেম্বর ১১দুনা কংগ্রেসকী কেণ্ডিদেট ওইনা চোংথোক্লিবা য়েংখোম ব্রজগোপালগী মফমদা হান্না শেলগী মতেং নিবা চৎলুই। হরাও হরাও লুপা লিশিং কুম্ত্রাদং হান্না হাপচগে হায়দুনা জবান তৌরকই। মদুনা লোইবা নৎত্রি, অমুকসু হাপখিনি, তৌবতবু ভোটতদি চোইথোকহনবিগনু হায়দনা অহলসু ওইবা প্রসিদেন্টকী থৌসু পুরিবা বীরচান্দদা খুরুমজরকই। নুমিৎ অফবা অমদা লাকপিয়ু, চেক মনা ওইনা হেক্তা পীজগে হায়বদগী ময়ামদো চা গ্লাস অমমম থক্লগা হন্নরক্লে। বীরচান্না হায়রকই, "খঙলেদনা ইনাওশা, ইচনশা কংগ্রেসকী মীরেপ অসিগী কলেজা মতাসি, তান চারবনি, হুন্দক্তি মাগী মতেংদগী শঙলেন অসি লোইহৌরসি কচোই কমাং তৌদুনা ভোট চোইথোকহনগুমসিকো।' ময়ামসু 'ফৈ ফৈ অহানবা চঙলুবদা খুলাংখানবু ওম্বোক্লা ফগ্রেনে', হায়দুনা হরাওনৈ।

ভোট নকশিল্লক্লবা মতমদুদদি থুংলরেদো মরৈবাক্কী ঙমখৈ কায়হল্লোই হায়দুনা চোংথোক্লিবা এম:পি:পি:গী মীরেপ সনায়াইমা। মশক্লে মতৌনে, ঙাঙথোক-শকতোক্লকপদা রাশি লৈরিবা, মীকৌনা

ফজরিবা পাখঙশিংদনা মনাওদা মনাওগুম, অহলশিংদনা মপাদা মপাগুম খুরুমদুনা ফুরিংখাওদগী শেল পুথোক্তুনা ময়াম চাক চান্নবা শেল পীরে। মখোঙনা খুঙ্গংদুগী মফম খূদিং চত্তুনা লম্বী থোং ফত্তবশিংদু য়েংশিল্লে। লৌখৎপা য়াদনা শোৎথহৌরবা ফিভমশিংদু উবদা সুকথরদুনা মমিত্তগী মপী তানা হায়রকই, 'ঐনা হেক কাবগা লাইগী শঙলেন কনাগী মতেং য়াওদনা, শাগনি, শঙ্গাবগী নুমিৎ ফাওবা তন্নল্লে, খুনদুগী ফান লৈত্রবা ফক্লাং য়াওদ্রবা প্রাইমারী স্কুল অদুসু জে.বি.গী থাক্তা ওনখৎলগনি হায়দুনা খুঞ্জাশিংগী মমাঙদা ব্রাশক্লে। 'হন্দক্তি লোকেল পার্টিনা সরকার পায়গনি। সাইকল মার্কা কাউবিগনুকো' হায়রগা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। মহাক্লা চৎখিবা মায়কৈরোমদা ময়াম য়েংদুনা লৈহৌই। গাড়ী চাকানা কাপখৎলম্বা উফুলনা ময়ামগী মমায়দা কুপহৌই। 'মশক্লে মতৌনে, ফখ্রেদকো, নহালমখৈ, কদায়দবু লৈরুবনো? মমিংসু 'সনায়াইমা' স্নাদা স্নানিহে মব্রা তাবদা বুদ্ধি লৌশিং থোকইহে' হায়দুনা ময়ামদো শোন্দুনা লৈহৌই। মহাক্লা লাক্লম্বা অদুনা অয়ুক্কি। নুংথিলদনা অমুক থুংলরে, রাষ্ট্রিয়া জনতা দলগী মীরেপ 'শরত'। মশা পাতক তৌবা, য়াংলেন তেক্লপ তৌবা নহানি। ঙাঙবা শকপা হৈ, ঙাঙথোরকপদা তাবা নুংঙাই। কন্সটিটুয়েনসি অসিদা ভোট লেপ্লিবা কেণ্ডিদেটশিং অসিদগীদি মানা ক্বালিফাইড ওইবদি পুমহেল হেল্লি। করিনা মাদি ডাক্তরেট ফংবনি। 'টোটিগী ঈশিং থকপা ফংদবনা পৃথ্রিগী ঈশিং থক্লরিবা খুঞ্জাশিংগীদমক নুংনাংবা পোক্লা ব্রা ঙাঙলরে। হৌজিক্কী মতমদা ঈশিংদগী পোক্লকপা লায়না কয়াগী মরমদা শুগায়না মানা ঙাঙলকপা তাবদা পাখঙ খরদি মঙোন্দা ওনশিন্নিংবা য়াওরকই। অহলশিংদুদি করিসু নাচুংবিদে, থায়নদগী পৃথ্রিগী ঈশিং থক্তুনা চাউরকপনি, হৌজিকসু অদুম থক্লি, কৈসু নাবিদে হায়দুনা মাগী ব্রা অদু মরু ওইবনি হায়না লৌদে। মহাক্লা হেক কাবগা এম.এল.এ. ফঙদগী কায়থোক্তুনা খুঙ্গংসিদা শেমগদবসি পাইপ য়ৌহন্দুনা টোটিগী ঈশিং থক্লবা থৌরাংসিনা ওইগনি অদুনা ঐগী লালটেন মার্কাবু কাউবিগনু হায়দুনা মন্নবা খুঙ্গংদু মাগী লালেটেলগী

মৈরীনা পুমঙাল ঙালহল্লল্লগা হনখ্রে। ভোট থাদগদবা মতমদি অসুম অসুম নকশিল্লকই। আর.জে.দি.গী মীরেপ অদুনা লাক্লম্মা নোং হেক ঙানবগা অমুক থুংলরে লৌমী শিন্মীগীদমক লেপ্লিবা সি:পি:আই:গী মীরেপ খুন্দোংবম 'বোরসিং' ঙাঙবা শকপাকাদি মখূৎ-ও মশা-ও মানদুম পুমহেন হেনবগুম নীংই।

ঈশিং ফংদদুনা চাথোক ফৌথোক মতিক চানা কুম অমত্তা লৌবা ঙমদ্রবা খুনদুগী পেরুক লৌকোন্দো মানা হন্দকপু ভোট কারবদি ঈথে লৌখোং ফজনা তেংথোক্তুনা ফৌরেল লৌফম ওল্লোক্কে, লৌদা চঙদবা য়াদ্রবা হারগী জাৎ, তীলহাৎ হীদাক্কী জাৎসিমা অৱাৎপা অমত্তা লৈহল্লোই হায়দুনা খুঞ্জাশিংগী মমাঙদা ৱাশক্লে। খুনসিগীদি লৌনা ইমা ইংখোলনা ইপা ওইরিবনি।· লাঙ্গোল পায়বা মখৈদি মাগী ৱাদুদা মপূক্লীং চঙনা তায়। চৎলমদাইদা হায়রম্মী 'ঐগী ফৌ চরোং থাঙ্গোল য়েকপা মার্কাবু কাউবিগনু হায়দুনা মখূৎ জুর তৌদুনা খুরল্লম্মী। লিকচরিবদি শেল সিকি অমা পুথোক্তুনা ময়ামদো চা-নুং থকউ হায়দুনা পীরমদে, অদুম হনখ্রে। হায়ঙম তৌঙমদবা অমনা হায়রকই, 'মসিবু হয়েং কাপ্লগা লৌমী ঐখোয়না শীজিন্নগদবা হার বেগশিংদো ম্যানমাররোমদদি থাদোকখিরোইকো, খীরে মখোয়গী ৱাশকসে।' অমনা খুল্লকই 'হে তৌরোই মসিদি ফনা ফগদৌমাল্লি।' বাবুচান্দনা হৌদোক্লকই 'কমদৌসিগে হন্দক্কী ভোটসিবু? হয়েংনিদো কংগ্রেসকী মীরেপ ব্রজগোপালনা চেক মনা ঐখোয়গী খুত্তা পীগনি হায়বা নুমিত্তো।' লাই কমিটিগী মেম্বর ওইরিবা নিত্যাইবীনা হায়রকই, 'কম্মুনিষ্ট পার্টি হায়বা অসিসু অচৌবা দল অমনি উশিৎতবা য়াবা নত্তে। খুরাতোন কংগ্রেসতগী শেল হেক লৌরুবদা কামজোং খুনদি কংগ্রেসনা লৈখ্রে হায়দুনা মতুংদা ঐখোয়গী ওইজবা মাংগদৌরিবনি। হন্দক্তি কংগ্রেসকী মীরেপ্তি অমত্তবু কাররোই হায়নৈ। করিনা মখোয়গী শাসনদা মীয়াম্না পাম্লদ্রে, নুপী অঙাংবু ঈহং-নাইহং শানা ফুবা ঙম্মী হায়দুনা শাউনরে।' খুঞ্জা অমনা হায়রকই, 'পংচোপ চোপ্লা শঙল্লেন শাগদবা নত্তে, হয়েং ভোট লোইরগা

অকাবদুদা নঙ শাউ' হায়দুনা কোক শাহল্লগা লোইবে।' ব্রাফমদুদা বাবুচান্দদি কয়া য়ানীংদে অদুবু উপায় লৈত্রদুনা 'অদুনা ফগদ্রনে', হায়রল্লগা তুমিন লৈখ্রে। তিল্লিবা খুঞ্জাশিংদুনদি ভোট লোইদ্রিঙৈদা,' ঐখোয়গী কেন্দ্রদা ভোট লেপ্লিবা মীরেপ অমত্তদগী অপান্ননা শেলগী মতেং লৌদবা হায়না ব্রারেপ্লবদা যানরে। ভোট নক্তা নকশিল্লক্লগদি য়ুম ৭০খক্তা তাবা কামজোং খুঙ্গংমচাদো শরুক কয়ামুক থোক্লা কায়রে। য়ুম্লাক মরি মঙানা 'শরত'কী লালটেন য়েকপা মাকগী পোষ্টর থেৎপা উই। য়ুম্লাক খরগীনা ফৌ চবোং থাঙ্গোলগী ফিরালনা হাইনা-হুমনা য়ুমদা পাইহনবা উই। ময়ুমদা কংগ্রেস (আই)গী ফিবাল যুংদ্রবসু নাম শোনবা অহল লমন মখৈদি কারবসু কাদ্রবসু মহাত্মাজীনা লিংখৎপীবন্দা কংগ্রেসকী খুবাক য়েকপা মার্কাদবু কাউনগুমসি হাযদুনা ঝুলি পাযদুনা ব্রাশক্লে হায়বসু তায়। বিজেপীগী ব্রাক্কর শোনবনবা হৌজিক ফাওবা খুঙ্গংসিদা পার্টিসিগী ঈ-পাউ অমত্তা শন্দোক্লদ্রি। এন.সি.পি.গী মীরেপ 'চন্দ্র' লাক্তুনা খুনগী পাখঙমচাশিং য়ুঙাং পীথক্তুনা য়ুমথোং খূদিংমক্তা মাগী ঘড়ী য়েকপা মাকগী পোষ্টর নপহল্লে হায়দুনা মীনা হাযনবদি তায়। হন্দক্কী ভোটসিদা মৈরা পায়বী মখৈদি চাগনি থক্কনি খঙদ্রে, মখূত্তা এম.পি.পি.গী সাইকল য়েকপা ফিরাল পায়দুনা য়ুমথোং য়ুমথোং খূদিংদা লোকেল পার্টি অসিগী ভোট খোল্লি হায়বসু ময়াম্না অদুম ঙাওনৈ। কংগ্রেসকী পোষ্টর অমত্তবু উদে খুনদুদা। হন্দক্কী ভোট অসিদা মীওই ১১ না শাখিবা লাই কমিটি কায়রে। দল তোঙান-তোঙানবদা য়াওনখিবনা মখোয় উন্নবা অমত্তা য়ানদে, ধর্ম্মা-কর্ম্মগী বার্ত্তণ ককনৈ। ভোটকি উচিন-নাচিন্না লোইখ্রে। ভোট হায়দোক্লকপা মতমদদি, কংগ্রেসকী মীরেপ ব্রজগোপালনা কারে হায়দুনা বা-বা লাক্তবক্কী, মহৌশা ইমুং অমগুম নুংশি চান্নরম্বা কামজোং খুনগী মীশিংদু হন্দক্কী ভোট মতুংদগী নুমিদাং-নুমিদাং 'য়ু' ঙাওনরগা ফুন চেন্দুনা কোক্কী লূকায়নরগী যৌদোক লেপ্পা লৈতনা চখরি।

তাং ১৯/০৫/২০০৭ ইং

লোইরবা





শ্রী কোন্থৌজম কুঞ্জবিধু সিংহ শকাব্দ ১৮৫৮ গী শজিবু থাগী লৈবাকপোকপা নুমিত্তা উরিপোক নাওরেমথোংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা কুবের সিংহ, অপোকপীগী মিংনা সৌগাইজম নিঙোল সখী দেবী কৌই।

শিক্ষা : উরিপোক এল.পি. স্কুল তম্বা লোইরগা থাংবৈখ্রবদা এম.ই. স্কুলদা ক্লাস সিক্স তম্লগা সেভেন জোনচৌন হায়রকুলদা অমুক তম্মই। পোক ১৯৬১ ইংদা মেট্রিক পাস তৌই। অদুবু মায়না থেংনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি কাঞ্চিপুর, ইম্ফালদা অমুক পরিক্ষা থাদুনা বি.এ. (টু ইয়ার) পাস পোক ১৯৮৪ ইংদা তৌরে।

ক্লাস কোরদা টেক্সবুক ওইনা তম্বা শৈদম শৈরেং হায়বা কৌবা হিজম ইরাবত সিংহনা লেংবা শৈরেং লাইরিক অদু পারবদগী কবিতাগী মহাউ খঙবা ঙমখি। মথংদা কবি কমল চাওবগী মথংশিংনা 'মাধবী', 'থায়নগী লৈরাং' পারবদগী শ্রীসিংহগী মফমদা কলম পায়নীংবগী মাখল মায়না ওয়া পোক্লকখি।

লাইরিক ইবা : ক্লাস আইট তম্বা মতমদা নাম্বা শৈরেং হায়বা মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ইরে। লাইরিক অসিমক নিওলিটরেচরগী বুক লিষ্টতা মাওদুনা গভর্নমেন্টকী প্রাইজ ফংখি। শৈরেং অসিদা য়াওবা কবিতা "বসন্তনা হৌগংলক্লবদা" হায়বা অদুদি ইন্টর হায়রকুলগী শৈরেং কম্পিটিসনদা ফাষ্ট তাখি। মথংদা "বাসন্তি" হায়বা মিংথোনবা নোভেল মচা অমা গভর্নমেন্টকী পব্লিকেশন গ্রান্ট ফংবগা লোয়ননা নগা শিক্ষা সমিতি উরিপোকী মতেংনা কোঙদোকখি। মথংদা অমুক 'নিঙাই চাওবী প্রেমিলা' হায়বা মিংথোনবা উপন্যাস অসি ১৯৭০ ইংদা ইরগা ১৯৮৮ মপানা অমুক কোঙদোকখি।

হূপানবা : মায়না ওয়া হূন পানখি অদুবু অঙাং কয়ামুক হন্দোক্লগা লোয়নবীসু ওয়া লাইগী থূম্না ভানখি। থৌজিত্তি অইবনা কলম পারবগী মহৈ অঙাং কয়া য়োকপগী খুদোং চানবা কয়া মাফোক্লদুনা পুনি লেরি।

ওবা ওইনা : মপাগী থবক্তা মতুনা অইবনা লমদম অদুগী নাওরেমথোং এল.পী. না জে.বি. ওইরক্লবা হোংনবদা চহী অহুমলোব হেড মাষ্টরগী থবক পুদুনা অবাবা থাজিখি। থৌজিত্তি অইবসি চহী হন্দুকনারোম ওজিরকে।